# ꯂꯥꯏ ꯊꯧꯔꯝꯂꯣꯟ

# লাই থৌরমলোন




আইবা

মোইরাংলালহবা (ঐ) রাধামুহোন থোকচোম

# ꯂꯥꯏ ꯊꯧꯔꯝꯂꯣꯟ

# লাই থৌরমলোন




আইবা

মোইরাংলালহবা ও রাধামুহোন থোকচোম

# লাই থৌরমলোন


অইবা : মোইরাংলালহবা @ রাধামুহোন থোকচোম

লৈফম : লুৱাংশংবম ময়াই লৈকাই, ইম্ফাল ইস্ট




থোঙবা : মোইরাং সলাই পব্লিকেসন,
লুৱাংশঙবম, ঈম্ফাল
থোকচোম ওংবী লোলিনি লৈমা

অহানবা খুৎনম : ২৮-০১-২০১২

লাইরিক মশিং : ৫০০

মমল : লুপা ১৩০/-

ফংফম থোকপা : অইবা





নম্ফম : ডি-ইতাও ওফসেট প্রিন্টিং প্রেস,
চীংমৈরোং খোংনাং অনি কারক, ডী. এম. রোড, ইম্ফাল।

# খুদোল

তমজরি খুদোল সিমতং

লাই ওইখ্রবা পন্থৌ অমদি

ইনাওগী মফমদা ....... ||০||

লৎনবা লৈতনা লৌশিনবীয়ু

মতম পুম্নমক্তা থৌজানবীয়ু

তাইবঙ শেন্বা মপু মহাক্লা...... ||০||

লাই ওইখ্রবা পন্থৌগী কোলোয়দি

থোকচোম ˝লুখোয় মীংগৌনৈ

লাই ওইখ্রবা ইনাওগী কোলোয়দি

থোকচোম ˝জয়কুমার মীংগৌনৈ...... ||০||

তমজরি লাই ওইখ্রবা অনিদা,

'লাইগী থৌরমলোন' কৌবা,

লাই লিক সিমতং লৌশিনবীয়ু,

হরাও হরাওনা ...... ||০||

অইবা



## ROYAL MESSAGE

উত্রা শংলেন সনা কোনুংগী অমাই হঞ্জবা (অমাই শংলেন পুবা) গী থৌ পুরিবা থোকচোম মোইরাংলালহাবা (রাধামুহোন)না ইবা "লাই থৌরমলোন" কৌবা লাইরিক অসি পাজরে। লাইরিক অসিদা ঐখোয়গী লাই হরাউবগী থৌরম পরেংশিংগী অকুপ্পা ৱারোলশিং নৈনরি। লাইথৌরোই ওইরিবা অমাইবা, অমাইবী ১দি পেনা অশৈবা শিংনা মাগী মাগী খঙফম থোকপা (খঙদবা য়াদ্রবা) লাইরোল, থৌরমলোন ১দি কাংলোন কয়া ময়েক শেংনা পল্লি। অমাইবীগী চাকহেন-ঙাহেন ১দি শং ৩ গী (অমাইবা, অমাইবী, পেনা) গী ফিজেৎ চাকচা তাক্লি। তাংখুল-নুরাবীগী লাংওনশিং, লাইশিংগী লাইচৎ-লাইহুইশিং অমদি খুন্নাই সিনা খংজিনবদা কান্নরবা অতৈ হিরম কয়াসু (লোয়না পন্দ্রবসু) মমুৎ তানা নৈনরি।

অরোইবদা লাইরিক অসিনা লাইথৌরোইশিং ১দি ঐখোয়গী ইনাৎপু য়োকখৎনিংবা ইরৈচা খুদিংমক্তা অচৌবা কান্নবা ১দি শোয়দনা পীরগনি হায়না থাজজে। অইববু পুন্সি নুংশাংনা, মতুংদসু অসিগুম্বা মখলগী লাইরিক কয়া পুথোকপা ঙম্বা ইবুধৌ পাখংবনা পীনবীবা ওইসনু।

Dated 21st Nov. 2011
Sanakonung, Imphal

(Leishemba Sanajaoba)



## থাগৎচবা

কংলৈপাক্কী মৈহৌরোল্দগী মহিচৌ কয়ানা লাতস্বীরমদুনা হৌজিক ফাওবা চৎনদুনা লাকপনা লাইগী থৌরমলোনবু কায়দনা চৎনরি। উত্রা শঙলেন সনা কোনুংগী অমাইহঞ্জবা (শঙলেন পুবা) থোকচোম মোইরাংলালহাবা এলাজ বাধামুহোন্না ইবা 'লাই থৌরমলোন' হায়বা পুয়াগা মরি লৈনবা থৌবমলোন অসি পাবদা অসুক্কী মতিক মগুন লৈ হায়নিংই। নুংলোন্দা যাওরিবা অসি অসুক্কী মতিক মক ওই হায়বসিসু হাযনিংই। কংলৈচা খুদিংমক্তসু পুয়াগী ওইবা লাইগী থৌরমলোন অসি নৈনহঞ্জনিংই। তুংদসু পুযাগা মবি লৈনবা লাইরিকশিং ফোংবীরক্কনি হায়দুনা শিদবা মপুদসু পুনেমজৈ।

Angom Amubi Meetei
(অঙোম অমুবী অঙোমচা)
উত্রা সঙলেন, সনাকোনুং
কংলৈপাক।।

তাং ৩। ১১। ২০১১
শাগোলশেল হিয়াঙ্গৈগী
৮ নি পানবা নুমিৎ



# থাগৎচবা

মৈহৌরোন্দগী চৎনদুনা লাক্লিবা 'লাই থৌরমলোনবু' মাইচৌ কয়ানা খোরিবীরমদুনা লাকপনা ঙসি ফাওবদা চৎনদুনা লাক্লি। লাইগী লৈপাক কংলৈপাক ২ সু খঙনর্রি। লাইগী লিরেনগী মতুং ইন্না লাই থৌরম অসিগী মনুংদ য় ওরিবর্শিং অসি পাজবদা পুম্নমক অসি অসুক্কী মতিক মরু ওইবনি হায়জনিংই। লাইগী থৌরমলোন তৌহৈদবা, চাহৈদবা, ফীশেৎলোন, অনম - অথৌ অমদি অকোকলোন, লাইথৌলোন অসি পাজবদা য়াম্না কান্নবা ফংগনি হায়জনিংই। মরম অদুনা মোইরাংলালহাবা *u* রাধামুহোন থোকচোম্না ইবিবা খুৎই অসি অমুক্কসু হন্না অতৈ মরি লৈনবা লাইগী ওইবা থৌরম্লোনবু মইচৌ কয়ানা লাতমবীরম্লাশংবু অমুক নোংহৌননা লাত হাংনসু শিদবা মপুগী মফমদা খুরুমজরি।

তাং ২৭। ১০। ২০১১

লৈহাওরুংবম অমুয়াইমা খাবা
*Publicity Secretary*
উত্রা শঙলেন, সনা কোনুং
(National Awardee)




# ৱাহৈ খরদং

থোকচোম মোইরাং-ললহাবা (রাধামোহোন) অমাই হঞ্জবা (লোইশং পুবা) সনা কোনুং-না ইবা **'লাই থৌরমলোন'** কৌবা লাইরিক অসি হৌজিক চৎনরিবা য়েক ৭, সলাই ৯ থৌরম থৌখাই ওইরিবা মণিপুর কলচরগী য়ুম্ফম ওইরিবা লাই হরাওবা ৱাঙুরোন থৌরম তাকপা, লাই হরাওববু হেন্না মশক ফজহন্বা ঙমগনি হায়বা লাইরক অসিদা তাক্নুনা পীরিবা থৌরমলোন লাইরিক্লি। মীয়ামগী খুদোং চানবা ওঝা অসিদা মৈতৈ পুয়া উমংলাই খুন্দা শরুক লাইগী থৌরমলোন তাকপা লাইরিক্লি। অসিগুম্লবা নৎকী থানবা য়াদ্রবা থৌরমলোন লাইরিক অসি পুথোকপীরিবা ওঝাবুসু ঐহাক্না হন্না-হন্না থাগৎচবগা লোইননা মতুং তাবদা মৈতৈ পুয়ানা য়ুম্ফম ওইবা লাইরিক কয়া পুথোকপদা ঈশ্বরনা থৌজানবীবা ওইরসনু।

ইরাবোৎ নিংথৌজা
*চীংমৈরোং রেস্ট, ইম্ফাল।*
(National Awardee)

# ৱাহৈ খরদং



ইপু ইপানা লোৎতুনা থম্বীরম্বা মখল নাইদ্রবা পুয়া (লাই-লিক) কয়া খুন্নাই অসিগী মীরোলশিংনা খংবীদদুনা কাংখ-থাং ওইনা লৈরি। অসিগুম্বা লাই-লিক ময়াম অদুদগী লাতম খরা লৌখৎপীদুনা খুন্নাই অসিগী মতেং ওইগদ্রা খনবীদুনা পুথোকপিরিবা **'লাই থৌরমলোন'** কৌবা লাই-লিক অসি হৌবদগী লোইবা ফাওবা পাজরে, লাই-লিক অসিনা হৌরক্লিবা অমাইবা-অমাইবী কয়াদা কান্নবা কয়া শোইদনা ফংলগনি হায়বগী থাজবা লৈ। শম্না হায়রবদা অমাইবী শঙ অহুমগী লৈহৌরোন, ফুরা, লংমাই, শঙলেন, নৌনা খাবী ওইরকপী কয়াগী লমজিং-লমতাক ওইরগনি।

সনা লৈপাক মণিপুর লাইনা থাবা লাইরৈপাক্নি। ইবুধৌ পাখঙবগী মশাইকোন, ইবুধৌনা শাথোক্লকপা মতমদা ইবুধৌবু হায়জ নোঞ্জনবা খয়োমলোন কয়া। লাই হাক্তগী লাইমক্লা হৌদোকপীরম্বা লাই হরাওবা কাংলোন, খুল, খুলগী হরাও শকলেন তম, কোইনা লময়েংবদা কাংলোন কয়ানা হরাওবা, থৌগল কাংবুনা মরম কায়না চৎলকপা, অমাইবী কয়াবু অখুবা মীৎয়েংনা য়েংলকপা খুদিংমক অসিনা খুন্নাই অসি নোংমা নোংমগী অৱা মৈশা হেনগৎলকপা পুম্নমক অসি খরদং ওইরবসু শাফগদ্রা খনবীদুনা ঐগী নুংশিজরবা ইনাও ইবুঙো থোকচোম মোইরাং-ললহাবা (রাধামোহোন) অম'ই হঞ্জবা (লোইশং পুবা) সনা কোনুং-না লাই-লিক অসি খুন্নাই অসিনা কান্নবা খরা মখৈদি ফংলগনি।

লোইননা মমল নাইদ্রবা পুয়া কয়াসু লোৎতুনা লৈরমখিগনি, অথুবা মতমদা লাই-লিক কয়া পুথোকপীরক্কনি হায়বগী থাজবা থমজরি অমদি লাই-লিক কয়া খ্বাই মীয়ামদা পুথোকপা ঙম্নবা মপু মহাক্কী মফমদা থৌনিজরি।

থোকচোম জিতেন (অরোনয়াই)
*য়োইরেল হঞ্জবা*
*উত্রা শঙলেন, সনা কোনুং*

# থাগৎপা ফোংদোকপা

তাইবঙপাল অসিদা মীওইবা কাংলুপ্পা হিংদুনা লৈরীবা মখে লাইগী থৌরম হায়বা অসিসু লোইনদুনা অদুম চৎমীন্নগদৌরিবনি, অসিগুম্বা মীওইবগা তৎনা-থানবা য়াদ্রবা থৌরম অসিগীদমক মীপুম খুদিংনা থৌরম অসিগী নুংগী ওইবা পোৎ অদু মুন্না খংদবা য়াদবা অমদি তুংগী মীরোলগীদমক লাইগী থৌরম কয়া ময়েক শেংনা ইদুনা লাইরিক ওইনা ইদুনা থম্মবা হায়বসি তৌদবা য়াদবনি।

থোকচোম মোইরাংললহাবা ওর্ফে রাধামোহোন, অমাই হঞ্জবা, উত্রা শঙলেন, সনা কোনুংনা ইবা "লাই থৌরমলোন" কৌবা লাইরিক অসিদা, লাই হরাওবগী মরম, ফীশেৎ-লৈতেং, লাইগী লৈহুন, হিরি তিংবা, লাই ইকৌবা, লাই থেমগৎপদা নৎতনা মাইবা- মাইবী, পেনানচিংবগী তৌগদবা মথৌশিং কয়া ময়েক শেংনা ইবা লাইরিক অমনি।

লাইরিক অসি অপাবনা য়াম্না লাইনা খংবা ঙম্মবা হিরম খুদিংমক মচা খাইনা তোঙান-তোঙান্না থাংদোক্নুনা ইরীবা অসিনা পাবদা নুংঙাই, মনুং হুৎনা খঙহল্লি। অসিগুম্বা মমল য়াম্লবা লাইরিক অমা ইদুনা পুথোকপিবা অসিগীদমক থোকচোম মোইরাংললহাববু থাগৎতবা ঙমদে। মতুংদসু লাই তিলগী মরমদা ইবা লাইরিক কয়া পুথোকপিরক্নি হায়বগী থাজবা থমজবগা লোইননা ওঝা অসিবু লৌশিং মৈরা ঙালহলবীনবা তাইবঙ শেম্বা মপুদা থৌনিজরি।

লৌরেম্বম অজিৎ মীতৈ

শঙলাকপা

উত্রা শঙলেন, সনা কোনুং

OFFICE OF THE
UTTRA SHANGLEN SANA KONUNG
Imphal - 795001

## ORDER

Dt. The 2nd Nov. 2009.

No. 08/HHC/US/09'. As recommended by Maiba Hanjanba Sanakonung and His Highness the Maharaja (Ningthourel) of Manipur (Meitrabak), Thokchom Moiranglalhaba @ Radhamuhon Meitei, Amaiba Loishang Puba is please to wear the Khamenshappa Pheijom, Phibong Chamiba (Resom) Phurit Saikakpa, Salai Koyet etc.

Issued to day the 15th day of Hiyangei (dt. 2/11/2009) in the name of His Highness the Maharaja (the Head of Custom)

Sd/-
(Th. Ibohal Meitei)
Secretary (Custom)
Uttra Shanglen, Sanakonung.

OFFICE OF THE

UTTRA SHANGLEN SANAKONUNG

Imphal - 795001

## ORDER

Dt. The 24/9/2011.

No. 2-1/HHC/US/09': In the interest of the customory activities having concern of the Amaiba as pleased by the Head of Custom/ His Highness the Maharaja of this state of Manipur the person are appointed shown against with immediate effect until further order.

Shri Thokchom Moiranglalhaba @ Radhamuhon S/o. (L) Th. Lukhoi Meitei, Luwangsangbam Mamang Leikai at the post appointed to Amai Hanjaba (Amai Shanglen Puba) Sana Konung by promotion from the post of Amai Hidang (Amai Shanglen)

Issued today the 24th day of Sept. 2011 in the name of his Highness the Maharaja of this state of Manipur.

Sd/-

(Th. Ibohal Meitei)

Secretary (Custom)

Uttra Shanglen, Sanakonung.

# আইবগী ৱারোল

মালেম অসিগী অমদি খুন্নাই অসিগী ওইবা তাইবঙচাশিংনা তংনা থানবা য়াদ্রবা হায়বদি 'মৈনা ৱাই, তাং না শমদুনা' অদুম্মক মুৎপা নাইদনা চৎনদুনতা লৈহৌরগদবা 'লাইগী থৌরমলোন' অসিগী তৌদ্রবা য়াদ্রবা অমদি খরদং ওইরবসু চুমথোক্লবগীমক্তা ইজবনি। ননাই ঐহাক্না পুয়া অসিবু য়াম্না থোইনা হৈজ শিংজদুনা ইজখিবদি নৎচদে।

লাই-লিক অসিবু খ্বাইগী মফমদা পুথোক্লবা হোৎনবদা কাঙমোংদা লৈবা মাইস্নাম অপাবী, সনা কোনুংগী মাইচৌ ওইবীরিবা ঐগী ওঝা ইবুঙো অসিগুম্বা মমল য়াম্লবা পাউতাক কয়া পীবীদুনা লাই-লিক অসি পুথোকপদা চাওরবা লমন অমা তোনশিঞ্জরে।

অরোইবা ওইনা লাই-লিক অসিবু পুথোক্লবা হোৎনজবদা অচৌবা থৌদাং কয়াবু লৌবীখিবা তাইবঙচা খুদিংমকপু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎপা ফোংদোকচরি অমদি ঙমখৈ লৈতনা ইকাইখুম্নবা উৎচরি। ইকাই খুম্নরবা অমদি ইকাই খুম্নরবী কয়ানা লাই-লিক অসিবু ফাগৎলকনবগীদমক্তা পীবীরকপা পাউতাকশিংবু ফীগাও শানা তারম্না লৌজগনি।

*অইবা*

মোইরাংলালহাবা @ রাধামুহোন থোকচোম
লুৱাংশংবম মমাং লৈকাই
অমাই হঞ্জবা (শঙলেন পুবা)
উত্রা শঙলেন, সনা কোনুং, কংলৈপাক।

| হিরম | লমাই |
|---|---|

# মৈতৈ / মীতৈ লাই হরাউবা করিনো ?

ঙসিগী তাইবঙচাশিংনা মৈতৈ/মীতৈগী লাই হরাউবসি অসুম্না হায়নৈ। অতিয়া শিদবনা মালেম শেম্বা লোইরগা তাইবঙপান অসিদা পান্ননবা জিবা শেম্বগী মরমদা নুংঙাইতনা লৈরিঙৈদা অতিয়া কুরু শিদবনা ময়া লাওনা কাথোক্তুনা মহাক্কী থম্মোয়নুংদগী তাইবঙপান্দা পানগদবা জিবা পুন্নমক উৎপীবা অদু উবদা অতিয়া শিদবনা নুংঙাইবগা লোয়ননা লাউদুনা হৌদোক্লকপা অদুবু ঙসিগী মীরোলনা 'লাই হোই লাউবা' হায়না কৌই। মদুগী মতৌ তমদুনা তাইবঙ মীওইবনা লাইনা পেন্ননবা শান্নববু 'লাই হরাউবা' হায়না কৌই।

চকশিংকোন্দি লাংহৈরেন, লৈশেম কোনগী তুংদারেন মৈনা ব্রাই তাং না শম কোন্বা শকলোন্নে। খোয়ুম লাইনা খুন্থোকঙৈনে। অনেম্বা মালেমদা লাইয়াম পুম্বনা নোংকুমহল্লে। লাইয়াম খুদিংমক্তা সনাগী কৈরাক-লুপাগী কৈরাক থাদুনা মালেমদা অতিঙা মপু শিদবনা মালেমদা নোংকুমহল্লে। কোরৌ লাইনা মালেমদা নোংকুমখৈনে। কোরৌ লাইনা মালেমদা নোংকুম্বা ইহান হানবা নোংকুম্বা লাইদি কৌব্রু কৌএ। চীঙগোইরোন ৯ লাইপুংথৌ ৯ না থৌগল্লে। লাইরেম্বী ৭ নসু থৌপাং মপুং ওইদুনা থৌগল্লে। অহানবা খুন্থোক তম্বা মফম্বু কৌব্রু চীঙ কৌএ। শুপ্পা তাইবা ঙমএ হায়বগী কৌব্রু কৌএ। লাইগী নিংথৌ ওইএ হায়বগী শনরিক মপান থাবা লাই হায়বা নুংলোন ব্রাদি শনরিক্লা লোইবী চীঙবু হাল্লে হায়বনে। কৌব্রু চীঙনা হালোই চীঙ কৌএ। খোইবু লাইগী মশানৌতোন হেলোইবীদি কৌব্রু লাইরেম্বীনে। শারোই, লালোই, লাইপোৎ, শিংপোৎ লাইদি অব্রাং কৌব্রু অসুপ্পা লাইনিংথৌনে। অব্রাং কৌব্রু অসুপ্পা লাইনিংথৌনা লাংবা চকশিংকোন্দা কৌব্রু চীঙগোইরোন্দা লাইয়াম খুন্থোক তমএ। অনেম্বা মালেমদা লাংহৈ লাংদাইঙৈগী ব্রানে।

লাংবা চকশিংকোন্দা অনেম্বা মালেমদা লাংহৈ লাংদাইঙৈগী ব্রানে। উমং লাই লাইয়াম ৭৬১ না ফম্বাল ইব্রাইরেন মতাইঙৈনে। লাইনিংথৌ অব্রাং কৌব্রু শুমলেন লাইনা লৈশেমকোনগী লাইয়াম পুম্ববু মউরক্লে। লাইনিংথৌ অব্রাং কৌব্রুনা কৌব্রুথেন্দা লৈবা লাইয়াম য়েংদুনা মহায়এ, চীংউপা লাইয়াম

পুন্নমক নাপ চীক্লা তারো খোয়ুম ঐগী লাংদাইকোন ওইরিবা অৱাং শুমলেন চীঙবুরোই ৯ খৈরেন্দা খোঙদোই নাহুইনা লৈরিবা লাইয়ামদা মহায়এ। অৱাং কৌবরেন চীঙমাইথেন লাইয়াম খুন্থোক হালোইচীঙ মাগাই ফমলেন্নে। অনেম্বা মালেমদা নোংকুম মপুগী লৈকোন তিনবদি মপু মশক খঙএ হায়বা য়াৱা তাক্লগে হায়বগী লাইয়াম পুম্ববু কৌবরেন ঐনা কৌবনে। চীংউপা লাইয়ামসু খোইয়ুমগী শিন্থা মতাকপিয়ুদো লাইনিংথৌ-ও। লাইনিংথৌগী থৌদারেন মপুগী ফম্বাল লিংদুনা চীংউপা লাইয়াম ঐখোয়সু অমৎতগী লিরেন ওইদুনা শকলোন তাক্তুনা মপুগী লৈকোন, মপুগী ফম্বালকোন ওইহনবীয়ু হায়না লাইয়াম্না মহায়জেএ। লাইনিংথৌ অৱাং কৌবু অসুপ্পনা লাইয়াম পুম্বনা কৌব্রুথেন ৯ দা লাইয়াম পুম্বা অমৎতগী লিরেন ওইদুনা মীঙখৈরেনবু হৌ-হা, হৌ-হা, হৌ-হা লাওদুনা ইহান হান্না কৌব্রুদা লাই হরাওবা হৌখিএ। অসি নোংগী য়াৱাদি, হৈপুনলোন, লৈপুনলোন, মীপুনলোন অমৎতনি হায়ববু উমং লাই হরাওবা খুন্থোকলোন ৱাঙুলোন্না ময়েক শেংনা পীরিএ।

অনিসুবা লাই হরাউবা হৌখিবদি নোংপোক নোংমাই খৈরেন্দা, চীঙগোইরোন ৯ লৈবা মফম নোংপোক অচিবগী মগাই ফমলেন্দা নোংপোক অচিবনা য়াইদা ফম্বাল লাংদুনা লৈশেমকোনগী লাইয়াম পুম্বগা লোয়ননা হরাউকোন ফম্বাল শেমদুনা নোংপোক লৌতা ৱাংঙম হরাউরোন, কৌব্রুথেনগী লাইয়াম পুম্বগা অমৎতগী লিরেন ওইদুনা মী পোং লাই পুম্বগা লোইননা মপুংয়াই ওইদুনা অমদি লাইয়াম হুইরন লাই চাইরেন শন্থোং লাই, নোংমাই হরাওবদা মপুল্লে। মী পোংসু লাইগী লিরেনবু হরাওজবা উজবদা হরাও মথোই কাজেএ। নোংপোক নোংমাই খৈরেন্দা হরাও মথোয় কানা থৌদোক কুম্মে লাংনা অনিসুবা উমং লাই হরাওবা হৌখিএ হায়না উমং লাই থুন্থোক পুয়ানা ময়েক শেংনা পীরিএ। লাংবা কোনবা চকলোয়ে।

অহুমশুবা লাই হরাওবদি পাখঙবা কোন্দি কোনফঙেনে। খ্ব ঃ নিমাংলোই নোংদা লাই পাখঙবনা কংলা পুঙমায়োল ফম্বাল লাংঙৈনে। চৈচৎ লাংহৈ লাংদাই কয়াদা খোয়ুমগী লাংদাইরেন মেনতোং হৌচোং লাংহৈকোন্নি। খোয়ুমগী লাই ওইপা সলাইরেন শিদবা সলাই পাখঙবগী কংলা ফম্বালনি। ফম্বাল য়াওইবদি সলাই কোন্দা মীরেন শঙনে। তাইবঙ সলাই থৌখাইনে। মেনখোং থৌসু পাংবদি মী লাই পুম্বনে। মীনা মীদা পুনবনে, লাইনা লাইদা

তিনবনে। কংলৈ কংলা পুংময়োন পাখঙবা সলাই পুংকোইনে। চীঙ্‌ঙুবা লাইয়াম মেনতোং হৌচোং মাংওইননা উমং লাই চুখোং লাইখোং খোয়ুম লাইয়াম পুম্বনা কংলৈ কংলা পুংমায়োন্দা থৌকাং থৌরম থৌকাংলক্লে। মদু নোংগী থৌরম্বু মী পোং সলাইনা মেনতোং হৌচোংবদা করি করম্বা লাইপোৎ, শেনপোৎ,পোৎথা করি য়াওবগে হায়না মহংজরক্লে।

তাওদো সলাই নমু পোংও ! নহাননোংদা মপাংখিবা খোয়ুম লাইগী লিরেন ওইববু মতাইনা মহায়কে তাওদো - লিরেন লিশাং ৪ থাবদি চুকখোং -লাংখোং চুকথা-লিরেন্নে। য়াইদা ফম্বাল থাবদি মপুগী ফম্বাল শেম্বনি। অচৌইবা হৈথারোন, লৈথারোন কৎপদি পুথাং পুরেন লৈবনি হায়না তাকপনে। চনিং চমাং ফাখোং-লাংখোং ন'ইবদি সলাই লৈএ হায়না তাকপনি। নোংপোক হুইরেন কংলা মেনশঙদা থৌথাই পোৎলম চুকখোং লাংখোং মরিগী লাই ৪ ফমদেংগনি। থক্তা শেকপিন্না য়ুখন ৭ খনগনি। ফমদেং খুভম নাইগনি। চরৈ মচু ৭ না লাইনিংথৌ শিদবা শিদবী ফম্বাল য়াইদা থমগনি। লাইরেন চীরোন ৭ নি। চারৈ মচু ৭ নি। সনা + লুপা মচুনে। লাই ওইবা লাইপোৎ শেনপোৎ ওইদা ৭, য়েৎতা ৯ নি। চরৈ হেলোইবা কংলা মপুশিদবা লাইওইবা সলাইরেন শিদবা ফম্বাল লৈগনি।

মসিমসু মদোমদে - মতাওদো - সলাই পোংও - খোয়ুম ফম্বালকোন মাংওইরেন হৈথারোন, লৈথারোন,চেঙবী ফাহৈ, চরৈ ফীকৎলোন, লাইজ ঈশিং ইরাইরেন, খাম্বী মৈত্রেং মৈরাইরেনগী রাপু মহায়কে - ফম্বালকোন্দি সলাই শিদবা ফম্বাল মী পোং লাইনা তাইনগনিএ। অসি নোং কংলৈ ফম্বাল লৈ হায়পনে। চরৈ ফীবু মথাননা মতম্বদি খোয়ুম চরৈরেন তম্বনি। মৈরেন রাইদা সলাই পোংনা চরৈ ফী থুংনবা ফীদমনি। লরাকলোন উপথারোন য়েৎ ওইবনা লাইনিংথৌনে। ওই ওইবনা লাথরোন্না লাইরেম্বীনে। চেঙবী ফাহৈ য়েৎ ওইননা থাবদি লারাক মাপন চেঙবী ফাহৈনবনি। লাই মপু শিদবা ফম্বাল য়েৎ থংবনা লাউপ মাপন উপপে। সলাইরেন্দি ৯ কী মফম লাইবু কৎপনে। লৈচনসু মাপননে, হৈ থারোনসু ৯ নে। ওই ওইনবা ফম্বালকোন্দা লারোং ৭ থাবদি চেঙবী ফাহৈ ৭ লৈপনে, সলাই লাইনুবী ৭ কী হৈখললোন ৭ নি, লৈরাং লৈখল ৭ নি। শেনবু শেনলোই ৯/৭ কৎপনে। চানিং নাইনা কৎপদি সলাই থরায় চুকফা তাইবনে। চামাং লোন্দি হকচাংনে,

লুকমাংলোন্দি হৈথারোন লাইয়াম মী পোংগী হৈথানে। সলাই নমুপোং নখোয়সু সলাইরেন শিদবা ঐগী য়াব্রাবু কাওফদেএ মখঙউদো। অসুম্না কংলৈ কংলা পুংমায়োন্দা লাই হরাউবগী থৌরমলোনবু লাইতিন পুংকোই ওইদুনা অমদি সলাই নমুপোংগা লোয়ননা লাই হরাউবা হৌখিএ। মালেম চুকখোং পুয়া, পাখঙবা লাইহুই পুয়ানে। ব্রারমখিবীক লৈবনা উমং লাই ৭৬১ কী মনুংদা অব্রাং কৌব্রু অসৃপ্লা লাইয়াম খুন্দা অহানবা কৌবা লাইনিংথৌ অব্রাংবনা হান্না হরাওবা হৌদনা লাই হরাউবা য়াদেএ হায়না উমং লাই খুন্দা পুয়ানা ময়েক শেংনা পীরিএ। অসুম্না উমং লাই হরাউবদা মমাগী পীপুকনুংদা ঈ মতুম ওইনা লৈঙৈদগী পোকপা, পোক্লগা য়ুম- কৈ শাদুনা লৈবা, ফি-শাবা, লৌ উবা অমসুং লৈশেম্বদা করম্না চক্কুনা শেমখিবা হায়বা অদু তারকপদু লাইরেন মথেক চৎপনচিংবা উৎতুনা শান্নে। মসিনা মীওইববু নুংঙাইবা, খুনজাওবা- লৈচাওবা পীরি। মরম অসিনা মৈতৈ/মীতৈ লাইনিং লাইশোন, লল অপাম্বা অমসুং অরাম্বা ফংবা ঙম্নবা লাই হরাওবা অসি শান্নে। ঐখোয়না লাই হরাউবদগী মথক্কী অসি শোয়দনা ফংজবগুম, হরাউবগী কাংলোনশিংবু কায়দুনা মী হরাউবা তারবদি মহয় ফংদে। মসিনা লৈবাক ব্রা থোকপা, অশি-অনা নংবা ফংই।

## লাই ফী শেৎপা।

করিগুম্বা খুঙ্গং অমগী লাইফম অদু ৩।৫।৭।৯।১১.... নি নচিংবা লাই হরাউবা তারবদি লাই হৌগদবা নোংমা ব্রাৎলিঙৈদা হরাউগদৌরিবা লাই অদু ফীজেৎ লৈতেংবা অসিবু লাইফী শেৎপা কৌএ। মসি পোলাং নৎত্রগা উনা শাবা ফিভমদা কোনমায় হায়বদি লাইগী মমাই হাপ্পুনা ফীজেৎ লৈতেংববু লাই ফী শেৎপা কৌই। লাই ফী শেৎপগী মওংদি ইপা ইপু লাই ওইখ্রবশিংনা অসুম্না চৎনরম্মি মদুদি লাই নুপানা অমাইবনা ফীজেৎ লৈতেংগনি অমদি লাই নুপীনা অমাইবীনা ফীজেৎ লৈতেংগনি। অনি অসিগী মনুংদা অমা লাকত্রবদি নুমিৎ অদু লাইগী ফীজেৎ লৈতেংলোই। অদুগা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনিসি ফী ফাজনা শেৎপা লোয়রগা ফম্বাল মথক্তা ঙানথোইদুনা থম্ববু লাই ফমদেংবা (লৈতেংদুনা ফম্বা) কৌই।

## লাই লৈহুন করিনা শেম্মী

ঐখোয়না ঙসি ফাওবদা ইবুধৌ/ইবেনধৌ, লাইনিংথৌ/লাইরেম্বীগী থৱাই য়াইবীরেন হায়বা পোৎশক অমা লৈ। হায়রিবা থৱাই য়াইবীরেন অসিবু ঐখোয়না লাইগী লৈহুন হায়না খঙনৈ। হায়রিবা লৈহুন অসি ঙসি ফাউবদা অতে অমত্তনা শেম্বা থেংনদে। মীয়াম্না অশেংবা লৈনি হায়না খংনরিবা শিঙঙেল লৈরাং 'লংথ্রৈ' না শেম্মী। শিঙঙেল লৈরাং লংথ্রৈনা শেম্বা পোৎশক অসিবু ঙসিগী তাইবঙচানা লাইগী লৈহুন হায়না খঙনৈ অমদি কৌই।

## শিঙঙেল লৈরাং লংথ্রৈগী হৌরকফম।

হয়ি চক্কী মতমদা নহান্নোং কোরৌ থক্তা সলাইরেন শিদবগী সনা শঙ্গাইদা জগোই শাবী লাইরেম্বী ৭ লৈরম্মী। নোংমা কোরৌ নুমিৎতা লাইয়ামশিংনা হরাও মথোই তম্লগে খন্দুনা সলাইরেন শিদবগী সনা শঙ্গাইদা (মরাল য়াইদা) খোয়য়ুম লাইয়াম সুনা তিল্লখি। খোয়য়ুম লাইয়াম পুম্নমক সুনা তিল্লবদা লাইরেম্বী ৭ মকপু সলাইরেন শিদবগী মমাংদা জগোই খুৎথেক কৎননবা য়াৱাবু হায়রকই। মতিক লৈরবা মপু মহাক্কী য়াৱা অসি তাবদা অমদি তিল্লিবা খোয়য়ুমশিংগী মমাংদা লাইরেম্বী ৭ না অথোই নাপলগা লোয়ননা জগোই খুৎথেক লৌবা হৌরক্লম্মি। অথোই নাপলগা ইরোইননা জগোই খুৎথেক লৌবদা হেন্মনখিবনা লাইরেম্বী ৭ মক মখোয় মখোয়গী খোংলোনশিং অদু কাইরক্লম্মী। মখোয়গী তৌরিবা মতৌশিং অসি উবদা ইকাই নুংশি য়ান্নদুনা অশাও পারৈহন্দুনা সলাইরেন শিদবা খোয়য়ুম লাইয়ামশিংগী মমাংদা ইকাইবনা ঙমখৈ লৈখিদরে। সলাইরেন শিদবগী মতৌ অদু উবদা তিল্লিবা খোয়য়ুম লাইয়াম পুম্নমক মমাই লুকথদুনা ইকায় নুংশি য়ান্ননা লৈরমই অশাও পারৈনদুনা সলাইরেন শিদবনা লাইরেম্বী ৭ মকপু য়েংলদুনা অসুম্না হায়রক্লম্মী - হায় কৌরৌথক্কী জগোই শাবী লাইরেম্বী নখোই ৭ মক হৌজিক্সক য়াম্না থুনা মালেমদা খোংগুমখরো, ঐগী ইনাক্তা অমত্তা লৈবীরগনু' অসুম হায়না সলাইরেন শিদবনা মখোয় ৭ মকপু য়েংলদুনা য়াৱা চিংগোইরক্লম্মী। সলাইরেন শিদবগী য়াৱা অসি তাবদা জগোই শাবী

লাইরেম্মী ৭ মক্তু মিংচন্নদনা মমাই লুমথদুনা লেপলম্মি। মসিনদি য়াররোই হায়না খল্লদুনা খোয়য়ুম লাইয়ুমগী মমাংদা সোরারেনগী জগোই শাবী লাইরেম্বী মখোয় ৭ মক অদু মথং মথং মথৱাই য়াম্না নুংঙাইতনা ইকাই নুংশি য়ান্নদুনা মমিৎতগী পীরাং শিন্থদুনা কপ্না কপ্না মলেমদা খোঙগুম লক্লম্মী। জগোই শাবী লাইরেম্বী ৭ কী মতৌদু উবদা তিল্লমলিবা খোয়য়ুম ময়ামদুসু মথ্বাই য়াম্না নুংঙাইরমদে। মতিক লৈরবা সলাইরেন শিদবগী য়াৱানিনা কনা অমত্তনা মখোয় ৭ মকপু খান্বা ঙল্লমদে। জগোই শাবী মখোয় ৭ মক অদু অসুম কপ্না কপ্না মালেমদা খোংদারকলম্মী। মখোয় ৭ মক কপ্না কপ্না অসুম অসুম লাকপনা লমলেন লমদম চকপীদা থুংলরে অমদি ৱামনখিদুনা লমদম অদুদা ঙাইহাক পোৎথাখিরম্মী। মখোয় ৭ মক্লা চাক্লা লাক্লগা পোৎথাবা মফম্নি খংননবা চকপি হায়না মিংকৌনখি। মখোয় ৭ মক অদু ঙাইহাক পোৎথারগা ইকাই নুংশি য়ান্নদুনা মমিৎতগী মপি তাদুনা কপ্না কপ্না অমুক অৱাং পাংনা অসুম অুম লাক্লমই। মখোয় ৭ মক্লা অসুম অসুম অৱাং পাংনা লাকপনা লমদম খরা চৎলগা অনেম্বা লোইবী চীংদুম মচা অমা থেংনরে। মখোয় ৭মক্লা কোরৌ নোংথৌরেল সলাইরেন শিদববু কৌরা কৌরদুনা কপ্না কপ্না অসুম অসুম লোইবী চীংদুম মচা অদুগী চীংদোল তম্না কাখৎখিরম্মী। মখোয় ৭মক অদু কপ্না কপ্না অসুম অসুম লেপ্তুনা কাখৎলকপনা লোইবী চীংদুম মচা অদুগী মতোল য়ৌশিল্লক্লে। চীংদোল অদুগী মতোলদা জগোই শাবী লাইরেম্বী ৭ মক অদু পুন্না লেপ্লগা মখুৎ ৱাংনা থাংগৎতুনা কোরৌথক্তা লৈহৌরিবা সলাইরেন শিদববু কৌরদুনা মীৎলু পীরাং শিন্থনা থৌনিজরকই - 'হা ! ইপা ইবুংঙো সলাইরেন শিদবা নহান নোংগী কোরৌথক্কী নমোম লাংলেন জগোই শাবী লাইরেম্বী ঐখোয় ৭ মকপু করি ওইয়ু হায়বনো ? মতৌ করম্না চীংঙু খোয়য়ুম লাইরমলেন্দা তিনজবা ফংগদগে ? য়াৱা চীংগোইবীয়ু' অসুম হায়দুনা জগোই শাবী লাইরেম্বী মখোয় ৭ মক্লা মীৎলু পীরাং শিন্থদুনা কোরৌথকপু য়েংদুনা থৌনিজরক্লমই। চীংঙু কনাগী মপাওনো তারিবসি হায়দুনা সলাইরেন শিদবনা কোরৌথক্তগী লৈচিল ফীমাই হায়দোক্তুনা কোইনা য়েংলক্লমই। মহাক্লা কোইনা য়েংবদা কনা অমত্তা লৈবা উরমদে। ঙাইহাক ৱাখল তৌদুনা লৈরিঙৈদা জগোই শাবী লাইরেম্বী ৭ কী মপাও ওইনা তারম্মী। সলাইরেন শিদবনা অমুক হন্না য়েংলকপদদি অৱাংবা লোইবী চীংদুম মচা অমগী মতোন্দা কোরৌ থক্কী জগোই শাবী

লাইরেশ্বী ৭ মক্কা মীৎলুদগী পীরাং শিন্দুনা কপ্পা কপ্পা মখুৎ ব্রাংনা থাংগৎতুনা লেপ্তুনা লৈবদু উরক্কমই। মখোয় ৭ মক্কী মশকশিং অদু উবদা সলাইরেন শিদবনা হান্নগী মথক্তা অমুক্কা হেন্না অশাও পরৈনদুনা লাওথরকই - 'হায় হায় কোরৌথক্কী জগোই শাবী লাইরেশ্বী নখোয় ৭ মকপু মুন্না তারো। য়াব্রা অসি তাবদা জগোই শাবী লাইরেশ্বী মখোয় ৭ মকপু কপ্পা তোক্তুনা কোরৌ থক্তা য়েংদুনা লৈরম্মী।

মখোয় ৭ মক্কী মতৌ অদু উবদা সলাইরেন শিদবনা অসুম্না অমুক লাওথরক্লমই - 'ঐনা হায়বদা ইন্দবী লমহেনবী নখোয় ৭ মক্কী করিসু পিনিংঙাই লৈতে' য়াব্রা অসি তাবদা হরাও মথোই কারম্বা জগোই শাবী লাইরেশ্বী ৭ মক অদু মালেমদা লুকথদুনা লৈরম্মী। মখোয় ৭ মক্কা মালেমদা লুকথদুনা লৈরিঙৈদা সলাইরেন শিদবনা অমুক হন্না য়াব্রা চিংগোইরক্লম্মী - ' কোরৌথক্কী জগোই শাবী লাইরেশ্বী নখোয় ৭ মক্কী হায়ববু অতৈ করিসু পীনিংঙাই লৈতে। মপু ঐহাক্কী লব্রাইদগী ফোইরকপা শন্নাং অসি ওইনা লৌজরো ' অসুম হায়দুনা জগোই শাবী লাইরেশ্বী ৭ মক তম্না মালেমদা লংথরক্লমই। করি য়াব্রানো তারিবসি হায়দুনা জগোই শাবী লাইরেশ্বী মখোয় ৭ মক্কা কোরৌথক্তা য়েংখৎলকপা মতমদদি সলাইরেন শিদবনা মশাগী শন্নাং খরা মালেম তমপাক তম্না লংথরকপদু উরকলম্মি। মতৌ অসি উবদা মখোয় ৭ মক অদু মথ্বাই য়াম্না নুংঙাইতনা লৈরম্মী। সলাইরেন শিদবনা মশাগী শন্নাং খরা অদু পীরকলগা লৈচিল ফীমাই অদু খুন্নমদাইদা য়াব্রা খরা লাওরকই - ' কোরৌথক্কী জগোই শাবী লাইরেশ্বী নখোয় ৭ মক্কা খোয়ুম লাইয়ামশিংগী মক্কা তন্নিংলবদি, ঐগী শন্নাং অসিবু নখোয় ৭ মক্কা পায়রগা লাইরমলেন দা তিনবা শকচরো' অসুম হায়না য়াব্রা চিংগোইরন্নগা লৈচিল ফীমাই অদু খুমখিরম্মী। মতম অসিদা জগোই শাবী লাইরেশ্বী মখোয় ৭ মক অদু য়াম্না নিংবা কাইদুনা লোইবী চীংদুম মচা অদুগী মতোন্দা লৈরম্মী। মতাং অসিদা মপু মহাক্লা কোরৌথক্তগী লংথরক্তুনা পীবীরম্বা শন্নাং খরা মালেমদা লেম্না মাংবদি য়াদবনিনা মলেম থক্তা তাদুনা লৈরে। মহাক্লা মালেমদা তাদুনা লৈরিবা মফম অদুদা মতম খরা লৈরগা শিঙঙেল লৈরাং অমা ওইনা মকা লাম্না লৈশাৎ তমদুনা হৌরক্লম্মী। শিঙঙেল লৈরাং অসিনা মহৌ-মকা লাম্না হৌরকপদু উবদা কোরৌথক্কী জগোই শাবী লাইরেশ্বী মখোয় ৭ মক অদু মথ্বাই য়াম্না নুংঙাইরদুনা হরাও মোমোন মিনোক তমজরম্মী।

মখোয় ৭ মক্কা হরাওনা নোক খেদুনা লৈরিঙৈদা মখোয়গী মরক্তগী অমনা অসুম্না হায়রক্লম্মী - 'তাও ! ইতাখোয় শিঙঙেল লৈরাং অসিগী ফজরবা মতোনশিং অসি হেক্লগা ঐখোয় ৭ মক্কী খুৎরক্তা য়েপ্তুনা জগোই খুৎথেক লৌদুনা হরাও মথোই তল্লসে' য়াব্রা অসি তাবদা জগোই শাবী লাইরেম্বী ৭ মকসু পুন্না হোয়ারম্মী। মখোয় ৭ মক্কা তাইবঙ পানসিদা লৈরিবা মীয়ামদা য়াব্রা খরা পাওদম্লমখি। হে নমু তাইবঙপানবশা নখোয়না লাইরেম্বী ঐখোয় ৭ মক্কা খুৎ-লক্তা য়েপ্তুনা শিজিন্নরিবা শিঙঙেল লৈরাং মতোন অসিনা খোয়য়ুম লাইবু থৌগলবদা য়াইবীগী মশক ওইনা কৎচরো, ইরাৎ থৌনি খুদিংদা শিঙঙেল লৈরাং মাবু য়াওরবদি চীংঙ্গু খোয়য়ুম লাইনা লেপ্পা পেনবীরদুনা থৌজানবীবা ওইরসনু। মতম অদু য়ৌরক্লবা কান্দা কোরৌথক্কী জগোই শাবী লাইরেম্বী ঐখোয় ৭ মকসু সলাইরেন শিদবগী য়াব্রা মতুং ইন্না খোয়য়ুম লাইরম্লেন্দা তিনবা ওইনা শকচরগে হায়দুনা ফোংদোক্লম্মী। মতাং অসিদগী লৌরদুনা শিঙঙেল লৈরাং মহাক্কী কোলোই মিংলেন্দি কোরৌথক্তগী মালেমদা লংথরক্তুনা মালেমদা মহৌ মকা লাম্না হৌই হায়দুনা 'লংথরৈ' অসুম হায়না মিংথোল্লে। হৌজিক্কী তাইবঙচাশিংনা য়াব্রা অসিবু লোমথরক্তুনা শিঙঙেল লৈরাং অসিবু 'লাংথ্রৈ' হায়না মিংগৌনরিবসিনি। মতৌ অসুম তৌদুনা অনেম্বা লোইবী চীংদুম মচা অদুদা শিঙঙেল লৈরাং ওইনা মকা লাম্না থেন্দুনা হৌরে অমদি লৈশাৎ তল্লে হায়বগীদমক্তা মফম অসিবু লংঙথেন হায়না মিংথোল্লে। মসিদগী লৌরগা থোল্লি হায়বগীদমক্তা অসিবু ঙসি ফাওবদা তাইবঙচাশিংনা 'লংঙথেন-চীং' হায়না খংনরিবসিনি। মতৌ অসুম্না সলাইলেন শিদবনা পীখিবা লৈনি অমদি মাংহনবা য়াদে হায়দুনা ঙসি ফাওবদা লাইগী থৌরম খুদিংদা শিজিন্নরি অমসুং মালেম তমপাক অসিদা খরা খরা শন্দোক্লকপদগী হৌজিক্তি তাইবঙচাশিংগী যুমথোং খুদিংগী শিনবা থুংদুনা খোয়য়ুম লাইগী থৌরম থৌদাদা তৎনা থানবা লৈতনা শিজিন্নরিবা অসিনি।

# লৈরাং লৈহুন শেম্বা

ঐখোয়না য়ুম অমদি খুঙ্গংগী লাইবু লাইজা ইরোলনুংদগী থরাই য়াইবীরেন কৌবা মতমদা লাইগী য়াইবীরেন (লৈহুন) হায়বা পোৎশক অসি খাবী অমাইবীনা শিঙঙেন লৈরাং লংথরৈনা শেম্মী। মসি শেম্বা মতমদা লাই লাইগী লাইচৎকী মতুং ইন্না লৈহুন অসি শেম শাই। শেম্বগী মওংদি ঃ-

ক) লাইনিংথৌগীনা লা অদু উপকনি। লারোল অহুম (৩) লোনগনি। লারোল খুদিংগী লাংথ্রৈ লৈপোপ হাপকনি। অহানবদা লংথ্রৈ লৈপোপ ৯, ময়াইদা অনিসুবদা লংথ্রৈ লৈপোপ ৫ অমদি অহুমসুবদা লুপা অমা চৎপী চন্দী - ১ (৯ + ৫ = ১৪ + ১)।

খ) লাইরেম্বীগীনা লা অদু লোংগনি। লারোল অহুম (৩) লোনগনি। লারোল খুদিংগী লংথ্রৈ লৈপোপ হাপকনি। অহানবদা লংথ্রৈ লৈপোপ ৭, ময়াইদা অনিসুবদা লংথ্রৈ লৈপোপ ৭, অমদি অহুমসুবদা লুপা অমা চৎপী চন্দী - ১ (৭ + ৭ = ১৪ + ১) য়োমগনি।

মথক্কী লৈয়োমশিং অসি লাইচৎ লাইচৎকী মতুং ইন্না লৈপোপ মশিং মান্নরোই কাওগনু। মসিবু ঐখোয় তাইবঙচাশিংনা লৈরাং লৈহুন শেম্বা কৌই।

খঙজিনগদবা ঃ- লাই ইকৌবগী লৈরাং লৈহুন শেম্বদা লাইবুংথৌ ৯ অমদি লাই নুরা ৭ কী লৈহুনশিং অদুদি লাইচৎ লাইচৎকী মতুং ইন্না অমত্তা হোংলোই চপ মান্নবা হাপকনি।

# লাই হিরি তিংবা

ঐখোয়না য়ুম অমদি খুঙ্গংগী ওইবা লাই অমা লৌখৎপা মতমদা লাইগী খোয়রি অসি লং অহিংবনা তিংদুনা শিজিন্নে। মসিবু তাইবঙচাশিংনা লাই হিরি হায়না খংনৈ। লাইনিংথৌগীনা লং লংজা - ৯ না তিংই অদুগা লাইরেম্বীগীনা লং লংজা - ৭ না তিংই। হায়রিবা মওং অসি ঙসিগী তাইবঙচাশিংনা হৌজিক হৌজিক্কী ওইনা চৎনরিবা মওং অদুনি। হেন্না খংজিনবদা কান্নবদি লৈহুন পুয়ানা তাক্লিবদি লাই অদুগী মতিক ময়াইশিং অদু মতিং থোকহনগে হায়রবদি লাই অমা ইকৌবদা লাইগী খোয়রেন (হিরি) অদু লাইনিংথৌগীনা - ১৪ (লংজা - ৯ + লংজা - ৫ য়াইবীরেন পুন্না লংজা ১৪) তিংই অদুগা লাইরেম্বীগীনা লংজা - ৭ তামক তিংই। মসিদি হৌজিক্কী তাইবঙ মীরোলশিংনা কাওগল্লি হায়দুনা শিজিন্নদে। মসিনি ঐখোয়না লং হিরি তিংবগী নিয়োমশিং হায়বদুনি।

# লাই ইকৌবদা চৎকদবা মওং

ঐখোয়না লাই ইকৌবা (লাইজ ইপাল লাং উমু ময়োল শৎপা) চৎপগী কাংলোন খরা লৈ। হায়রিবা কাংলোনশিং অদুদি মখাদা পীরি। মসি কায়না খক চৎহৈদে। কাইনা চৎলবদি য়ুম অমদি খুঙ্গং অদু মীশি মীনা থোক্কল্লি। খুঞ্জাও লৈচাওদে, চাহোং ঙাহোংদে হায়বসি কাওফদে।

কাংলোনশিং খরা অদুদি মখাদা পীরি ঃ-

১। অমাইবনা খ্বাইগী মমাং য়েৎলোম থংবদা নাহৈফু (নাহৈ চফু) পায়দুনা চৎকনি অমদি অমাইবী অমনা ওইরোম থংবদা শারিক চোমজাও পায়দুনা চৎকনি।

২। শাগোল মমাংদা ইশাইফু পুবী চৎকনি।

৩। ইশাইফু মচা পুবী ৪/৪ না ইশাইফু পুবীগী নাকল নাকলদা চৎকনি।

৪। ইশাইফু পুবীগী মনিংদা শাগোল অঙৌবা অমা চৎকনি। মীনা শেন্নগনি, শাগোল মথক্তা ফিরাংজি অঙাংবা অঙৌবা হাপকনি (লৈতেংগনি)।

৫। লাইগী থৌগল তৌবীরীবা তৌবীরিবীশিংদু মথং মনাও কাইদনা চৎকনি।

৬। লৈবাক্কী ওইরবদি নিংথৌ অমদি লৈমানা য়েৎ-ওই কাইদনা চৎকনি। নৎত্রগা য়ুমগী ওইরগনা মতৈ-মনাও অদু য়েৎ-ওই কাইদনা চৎকনি। ন ৎত্রগা খুঙ্গংগী ওইরগদি লাই শেল্লুংবা অমদি শেল্লুংবীনা য়েৎ-ওই কাইদনা চৎহনগনি।

৭। পেনা খোংবনা নিংথৌ/য়ুম্বু/লাই শেল্লুংবাগী মনাক্তা পেনা খোংলগা চৎকনি।

৮। পাবোট খোংনেৎ (ডোল্লাই) পুবা চৎকনি।

৯। অতৈ-অতৈ লাই ইকৌবদা য়াওবীরীবা/ য়াওবীরীবী মীয়াম পুন্না চৎকনি।

১০। শান্নথোংগালদা শাগোল মমাই লৈথোক্কনি।

১১। পাবোট খোংনেৎ (ডেল্লাই) পুশিনগনি শঙজিল ফাওবা চংশিনগনি।

১২। লাইগী লাইশঙ মাঙ্গোলদা পাবোট খোংনেৎ (ডোল্লাই) অদু থাগনি (থমগনি)।

১৩। লাইগী থৌগল্লোইশিং অদু পুখৎকনি।

১৪। লম্বীদা লাকপদা (হল্লকপদা) কবোক অফাবা চাই চাইদুনা লাক্কনি। মসিনা অসুম লাকপনা মৈদা খরা কৎকনি। ইচুম তাফমদা লাদা খরা কৎকনি। পাবোট খোংনেৎ (ডোল্লাই) মমাই লৈরে, লাই মাঙ্গোল মথক্তা কারে থোংজিলদা লেপলগা কাবোক অফাবা অদু লাইগী ফম্বাল তম্না চাইশিনগনি। লোয়ননা হি-খাম ঈশৈ শককনি। ইকৌবদা শিজিন্নবা লৈয়োম অনিদু অহানবদা অপোকপা খুভমদা হান্না কাগনি,

অনিসুবদা লৈমরেল খুভমদা কাগনি অদুগা অরোইবদা ফম্বাল মথক্তা ফমদেংলিবা লাই অদুদা ওইনা লৈয়োম অদু কাখৎকনি। ইশাই চাফু মচা ৪/৪ অদু ফম্বালগী নাকল নাকলদা ৪/৪ থমগনি। মসিগী ইশাইফু মচা ৪/৪ অসিদি নোংঙাল্লগা লৌথোকখিবা য়ারে। নুংঙাইতে হায়রগনা লাই হরাওবা অমদি লৌখৎপা লোইরগা লৌথোকলবসু/ থমগে হায়রবসু কাইদে। হায়রিবশিং অসি খিবিক ঙাক্লা অমাইবা, অমাইবীনা চৎকদবনি অমত্তা পারেনবদি ফৎতে খংজিল্লু।

## লৈকু শঙশাবা করিনো ?

ঐখোয়না ইবুধৌ পাখঙবনা লৈনবা শাবা শঙ্গাই শঙলেনবু শাবা লোইদ্রিঙৈদা তুরেল মপালদা ঙাইহাক্তং ওইরবসু পোৎথানবা শাবা শঙবু সনা শঙগুম শঙ হায়বদি 'লৈকু শঙশাবা' হায়না মিংথোনদুনা কৌএ। লৈকু শঙশাবগী চংগদবা পোৎচংশিংদি মখাদা পীরি ঃ-

উচিব্রা (ব্রা মশা পানবা) ৫,

উতং ব্রাগী থোলা মথোল ৩,

মথোল খুদিংগী খুদৈ অঙৌবা ১/১ থাগনি,

লুপা অমা চৎপী ৩ মথোল খুদিংগী ১/১ থমগনি লোইননা হৈ লৈ সুনা কৎকনি। মথক থংবা অদু অঙাংবা অঙৌবা ফীনা ফীরাংজি ওইনা থাগনি অমসুং মথক্তা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনিগী ফীজোল সুনা তমগনি। হৈথা লৈথা সুনা তমগনি। মথক্তা মনুং শেকপিননা (খকলনা) খলগনি লোইননা তৌরৌ ফী অমসু খনগনি। ফম্বাল অদুগী মমাংদা লৈমরেল চাফু অদু ফমদেংগনি লোইননা ইশাইফুগী ফীরোল সুনা ফীজেৎপীগনি। লৈমরেল চাফুদুগী নাক য়েৎতা লাইনুরা ৮ কী ইশাইফু মচা ৪/৪ থেন্দুনা থমগনি। ইশাইফু মচা ৮ অদুসু খুদৈ অঙৌবনা লোইনা ফীজেৎপীগনি। ফম্বাল ওইনা শেমবগী মওংদি মখাদা য়েক্কুনা তাক্লিবসিনি।




* নম্বর ১ দগী ৫ ফাওবসি ব্লা মশা পানবা উচিব্লা হায়বা অদুনি লোয়ননা কোরৌ ফী অঙৌবা অমা যাওগনি কাওগ[illegible]

## লৈরাই য়ু থাংবা।

নহালনোং মালেম অসি মৈ তরং, ঈশিং তরং ওইদুনা লৈরিঙৈ মতমদা চীংউ খোয়য়ুম ময়াম্না মালেম অসি শেম্লগে হায়দুনা ব্লা তান্নরম্মী। অসিগী মতুংদা খোয়য়ুম ময়াম্না ব্লা তাননদুনা অব্রাংবা লোইবী চীং হান্না শেমলম্মী। অব্রাংবা লোইবী চীংগী মথক্তা খোয়য়ুম লাইয়াম পুননা ব্লা তান্নবা হৌরক্লম্মী। লাইয়াম্না ব্লা খন্নরবা মতুংদা চীংউ ইবুংঙো নোংপোক নিংথৌ অপানবনা নুংগী হি অমদি নৌ পায়দুনা খা-মৈরমদা ব্রাকয়ে হিহোল তম্না কুমথখিরম্মী। মহাক্না মফম অদু হেক য়ৌবগা মহাক্কী মখুৎসু মচিল অহুম লোংবা তা (মঙাং, লুব্রাং অমদি খুমন পুনবা তা) অদুনা লোইবী চীং অদু নমদুনা হুৎলে। মহাক্না কন্না হোৎনদুনা হুৎলিবা চীং অদুগী কোলোই মমিংদি 'লোইবী চীংনুংহুৎ' হায়না মীংথোল্লে। হায়রিবা মফম অসিদা মালেমগী মফম খুদিংদা ইরিদুনা লৈরম্বা লাইজ পুম্নমক অমত্তা কাংদনা লোইনা চিথখিরম্মী। নোংমা নোংমগী অসুম অসুম লাইজ ঈশিংনা ময়েং তারকপদগী মালেমগী লৈশা হান্না মশক উই হায়দুনা মফম অদুবু ঙসিগী তাইবঙচাশিংনা 'মালেম কংলা

পুঙ' ময়োল হায়না মিংথোন্দুনা খঙনৈ। অসিদগী নোংপোক নিংথৌ অপানবনা অমুকসু অৱাং পাংনা অসুম খোংদারকপনা ৱাবা চীং থেংনরে। মফম অদুদা নোংপোক নিংথৌ অপানবনা মশানা পাইরকপা খুৎসু খুংলাইশিং হায়বদি নুংগী হি অমদি নুংগী নৌ অদু পুন্না থমলম্লে। মহাক্না থম্লম্লিবা মফম অসিবু ঙসি ফাওবদা মালেমগী তাইবঙচাশিংনা 'লমলেন ইঙৌরোক' (সনাহল লোকচাও) হায়না মমিং থোল্লে। অসিগী মতুংদদি পানথোইবীবু কৌদুনা তরং থক্তা চীংউ লাংওন কুম্মে শান্নবা হৌরক্লম্মি। মসিগী মতুংদদি নোংপোক্লিংথৌ অপানবা অমদি পান্থোইবী মখোয় অনিমক পুন্না অৱাং কৌব্রু তম্না অসুম অসুম খোংদোই হুনখিরম্মি। মতমগী মতুং ইন্না লাইজ ঈশিং অদু কংলদুনা মালেমগী লৈশা অকংবা মখৈ লোইনা উবা ফংলক্লম্মি।

অকংবা লৈশাশিং উরক্লবদা সলাইরেন শিদবা অমদি চীংউ খোয়য়ুম লাইয়াম্না পুন্না ৱা তান্নবা হৌরক্লম্মি। খোয়য়ুম ময়াম্না ৱা তান্নরবগী মতুংদা চীংউ ইবুংঙো কোঞ্জিন তুথোকপাবু (পাখঙববু) কংলৈ ফম্বাল লাংনবা ৱারেপ্ল খরে। খোয়য়ুম লাইয়ামশিংগা লোয়ননা মশা অচিবনা লমজিংদুনা মালেম তমপাক্তা কুমথরক্লম্মি। মহাক্না অসুম অসুম লাকপনা কংলাগী নোংপোক থংবা তুরেল মপালদা থুংলখি। মফম অদু হেক য়ৌরকপদা খোয়য়ুম লাইয়াম অমদি মঙাইরোইশিং অদু পুন্না অৱা পোৎথারম্মী। অৱা পোৎথাবা মফম অসিদা খোয়য়ুম লাইয়ামশিংগীদমক্তা খন্দুনা অশিবনা চানা থক্লবা থৌরাং পুন্নমক লৌইনা শিন লাংদুনা লাইজা ঈশিং মপালদা তরা চাক পিজখিরম্মী।

খোয়য়ুম লাইয়াম্না লাইজা ঈশিং মপালদা পুন্না তরা চাক চামিন্নখিবা অসিবু ঙসি ফাওবদা তাইবঙচাশিংনা (মীয়মানা) 'লৈরাই য়ুখাংবা' হায়না খংনরিবসিনি। মসিবুনি হৌজিক ফাওবদা মৈনা ৱাই তাং-না শমদুনা (তাইবঙচাশিংনা মমাংঙৈদগীনা হৌজিক হৌজিক ফাওবদা চৎনরি) লিশাংশিংনা ইবুধৌ পাখঙববু অমদি অতৈ খোয়য়ুম লাইশিংবু লাইজা ইপাল লাংবদা (ইকৌবদা) চৎনরক্লিবসিনি।

# লৈরাই য়ু খাংবগী পোৎচংশিং অমদি লাইশোল।

ঐখোয় তাইবঙচাশিংনা খংজিনগদবা অমদি কাউবা য়াররোইদবা লৈরাই য়ু খাংবগী মরু ওইবা চংদ্রবা য়াদ্রবা পোৎলমশিং অদুদি মখাদা তাক্লি ঃ-

ঈশিং মপালদা লা লাতোন অমনা অনি থোক্লা শেৎগাইদুনা য়েৎ ওই নাইনা থাগনি। লা অদু থাবা মতমতা উপনা থাবীগনি। চেং খরা খরা হাপকনি, ৯/৮ পুন্না ১৭ ওইনা থম্মু, য়েংদৌ উতোং ১৭ (৯/৮) তা য়াম্না পুকয়ু ওইনা হাপ্তুনা পরেং শানা ১৬ য়ুংগনি ১ না খরা কুমথনা য়ুংগনি, য়েৎ খোংনেক (খুৎনেক) ১৭, ফীরাল ১/ ... পুন্না থাগনি শেল খুৎনেক ১৭, ফমফী ১ পুন্না শাংনা থাগনি, হৈ লৈ পান্না ক্বা পুন্নমক ১৭ সুনা থাবীগনি।

*লাইনিং লাং... ঃ-*

'লাইনিংথৌগী হিয়াংলোই ওনরোই - নাই নখোয় খিবীকপু শকথোং মাই খংলবনে হাওই - হাওতে, য়াম্মি য়ামদে হায়দুনা চাবীরকউ'।

অসুম হায়না শোন্দুনা খুরুমগনি। মসিনি তাইবঙচাশিংনা তুংকোইনা কাওবীরোইদবা অমদি ঙসি ফাওবদা লিশাং শিৎনা চৎনরক্লিবা লৈরাই য়ু খাংবগী থৌরম ...বদুনি।

## লাই ইকৌবা
## (লাইজা ইপাল লাংবা)

ঐখোয়না য়ুম অমদি খুঙ্গংগী লাই অমা লাইজা ইপাল লাংবা (ইকৌবা) অমদা লাইজা ইপাল লাংফমদা মখাগীশিং অসি তঙাই ফদনা তৌফম থোকই। উচিন্না (ন্না মশা পানবা) ৫, য়ুংবনি, কোরৌ ফী অমা খনগনি, মসিনি মমাংদা ঐখোয়না লৈরাই য়ু খাংগনি, সনা - লুপা কোনয়াই অদু কোরৌফী খল্লিবা অদুগী মনুংদা কোনয়ই হুনগনি, খয়োম লাংশিং তমগনি অমদি খাবী কোনশেং শেৎপী মাইবীনা লাইগী লৈপোপ অনি অদু পায়দুনা লাইজা ইপাল

লাংগনি। পুন্নমকশিং অসি অমত্তা ৱাৎতনা কোরৌফী খল্লিবা অদুগী মনুংদা ওইনা লাইথৌ পাংগনি। মসিগী মতুংদা লৈমরেল চফু অদু লাইজা শোক্কনি লোয়ননা লাই নুরা ৮ (নিপাল) গী চফু মচাশিং অদুসু লোইনবক লাইজা শোক্কনি।

লৈমরেল চফুদগী হৌরগা লাই নুরা ৮ গী চফু মচাশিং অদু মশা মশাগী ফীরোই ফীঙাম সুনা লৈতেংদুনা ফীজেৎ লৈতেংবীগনি। হায়রিবা থৌরমশিং অসি ঙসিগী তাইবঙচাশিংনা য়ুম অমদি খুঙ্গংগী ওইবা লাইদা লাইজা ইপাল লাংবদা (ইকৌবদা) অমত্তা ওইনা চিংথদনা পাংগদবনি। য়ুম অমদি খুঙ্গং অদু কাইদনা চৎথরবদি চাহোং ঙাহোংবা, খুঞ্জাও লৈচাওবনচিংবা লোইনা ফংজগনি হায়বসি তাইবঙচাশিংনা কাওবীবা ফৎতে।

## লাই থেমগৎপা

ঐখোয়না খঙনরিবা লাই থেমগৎপা হায়বা থৌরমলোন অসি ইমা অমাইবীনা পাংথোকই। হায়রিবা মওং অসিবু অমাইবীনা লাই ফীগাও হায়না খঙনবা অদুবু পুবিরিবা মীওই অনিদা হাপলিবা ইহাই চফু মচা অনিদগী লাইগী খোইরেল খোইরি ওইনা তিংলিবা লংজা - ৯ অমদি লংজা - ৭ (হিরি) অদুবু শাংনা শাংনা তিংথোক্লগা য়াওরিবা লৈয়োম অনি অদুদা পুন্না লং অদু অহুম্লক য়েৎলগা খাবী অমাইবীনা খুৎ য়েৎনা পুল্লপ্না পায়শিনগনি। তিংথোক্লিবা লং মরি অনিদু (লংজা-৯, লংজা-৭) মালেম লৈশাদা তাদনবা হায়দুনা খাবী অমাইবীগী লেংবান্দা তাহনগনি। মসিগী মতুংদা লাইগী ফীগাও অনি কোল্লীবা অদুগী ওয় ওইরপ্না খুৎ য়েৎনা লৈয়োম অদু পায়রগা ঈশিং মপান্দা নিঙগাংননা ফমদুনা মখুৎওইনা শারিক চোমজাও খিংদুনা লৈয়োম অদু ঈশিংদা চুপ চুপ লুপ্তুনা লাইগী থৱাই মিরেল অচংবা থেমগৎপা হৌগনি। লাই থেমগৎলিঙৈদা খাবী অমাইবীনা লৈহৌরোল লোন্দুনা চীংউ মপাও চেনগনি। মসিগী মতুংদা লাইজা ইপাল লাংফমদগী হায়বদি ইরোলনুংদগী থৱাইমিরেল চিংখৎকনি। চীংউগী মতিক ময়াই য়াওরবা লৈয়োম অদু ফীগাওগা কোন্ননা পুরিবা চফু মচা অনি অদুগী য়েৎনা য়েৎতা অদুগা ওয়না ওয়দা হাপচিনগনি। মসিবু ঙসিগী তাইবঙচাশিং ওইরিবা ঐখোয়না লাই ইকৌবা/লাই থেমগৎপা অসুম হায়না খংনৈ অমদি চৎনরক্লম্মী।

# লাইজা ইপাল লাংবা লোইরগা অপোকপগী খুভমদা লাই থেমগৎপা

ঐখোয়না য়ুম অমদি খুঙ্গংগী লাই অমা লাইজা ইপাল লাংদুনা থব্রাই মীরেলবু পুদুনা কারক্লবা মতমদা লাইবুং অদু হেক য়ৌবগা অহানবদা অপোকপগী খুভমদা হান্না লৈয়োম অনি অদু পুন্না পায়দুনা লাই অদু থেমগৎকনি। লাই থেমগৎপগী লাইরোন্দি।

*'কাসা নিংথৌ লাইনিংথৌ অপোকপা, অশাৎপা, অকু অয়েনবা না নচা-ননাই ঐখোয়বু নুংঙাইবা, পুন্সি নুংশাঙবা. িশি মীনা খোক্তবা, খুঞ্জাও লৈচাওবা, চাকহোং ঙাহোংবা, তরা ফৌগৈ চোলনা হাপ্পা, পারি ইমোম পুন্সিববু পীনবীয়ু'*

অসুম হ অহানবদা অপোকপগী খুভমদা থারিবা অদুদা হান্না লাই থেমগৎকনি কাওগনু তাইবঙচা ওইবশিং।

# লৈমরেল খুভমদা লাই থেমগৎপা

ঐখোয়না লাই অমা লাইজা ইপাল লাংদুনা (হল্লকপদা) কারকপদা অহানবদা অপোকপগী খুভমদা থারিবা অদুদা হান্না লাই থেমগৎলুরবগী মতুংদা অনিরকসুবা ওইনা ইমা লৈমরেল (ইশাইফু) গী খুভম য়াদুনা থমলবা অদুদা লাই ফীগাও পুন্দুনা পুরিবা অনি অদু ইমাদা মমাই ওনশিন্দুনা লাই অমুক থেমগৎকনি। ইমা লৈমরেলদা লাই থেমগৎপগী লাইরোলদি।

'কাসাা নিংথৌ লাইনিংথৌ, অপোকপী অশাৎপী, অফু-অয়েনবীনা, নচা-ননাই ঐখোয়বু নুংঙাইবা, পুন্সি-নুংশাংবা, পারি-ইমোম পুন্সিবা, চাহোং-ঙাহোংবা, তরা- ফৌগৈ চোন্না হাপ্পা, খুঞ্জাওবা- লৈচাওবা পুন্নমকপু পীনবীয়ু'।

অসুম হায়দুনা ইমা লৈমরেলগী খুভমদা অমুক হন্না লাই অদু থেমগৎকনি।

অরোইবদদি য়ুম অমদি খুঙ্গং অদুগী ফম্বাল মথক্তা ফমদেংদুনা লৈতেংলিবা ইবুধৌ-ইবেনধৌ অনিগী মশাদা থৱাই অচংবা মীরেল অচংবা অদুবু কাদুনা লাই অদু থেমগৎকনি। মসিবু মতম পুম্নমক্তা অকাও পারে চনফদেকো লাইগী লাইথৌরোই ওইবা তাইবঙচাশিংনা।

## অমাইবী ওইবী শঙশিংগী লৈহৌরোলশিং।

ঐখোয়না অমাইবী হায়রগা কদাইবু কৌবগে হায়রবদি মপু মহাক্কী মতিক মঙালবু নংদম্বা ঙমবা তাইবঙচাশিং অদুবু খাবী অমাইবী হায়না ঙসিগী তাইবঙচাশিংনা খংনৈ। হায়রিবা খাবী অমাইবী অসি শঙ অহুম থোক্না চিংউ মাইচৌশিংনা পুয়াগী লাতমশিংদা ইদুনা থম্বীরম্মী। মখোয়শিং অদুদি ঃ-

১। শঙলেন

২। ফুরা অমদি

৩। লাংমাই

হায়না খাইদুনা থম্বীরম্মী। হায়রিবা শঙ অহুম অসিগী ওইবা খাবী অমাইবীগী লেহৌরোলশিং অসি অমগা অমগা মান্নদে। মখোয়শিং অদুদি মখাদা ইদুনা তাক্লি ঃ-

### ক ) শঙলেন খাবী অমাইবীগী ওইবা লৈহৌরোল ঃ-

হুম-হুম-হুম ... লৈহৌরোল লোন ৫ মক লৈমুরোলদি ঈ লোন ৬ মক, লোইবু খোইরা আ... আ মরা নুংগী, তোংনিংদনা লৈশংপানগী থম্না লাইরপান, চমুনা চাঙৌপানগী হুপলাং নরান নুংগী হারানা লৈয়েংনুংগী হাউনা আ লিরি লিরি লিরি। মাইকৈদনা ৪ মক শিংগাইনা ৬১ মক্তগী খুৎলৌদন কাইরী সনা ৩০ মক্তগী হাউনা আ মরু লুক-উ লুরু-উ। মালেম লৈখারোল ৭ মক্তগী পালেম ইমা ইবেম্মা তেকখৎপীরক্লো...ও, লৈমরেল ৮ মক্তগী মপু ইবুংঙো তেংথাবীরক্লো...ও, লৈবাকপু ফা ইমানা হায়না তাইরমগে, নোংথৌবু খুৎ ইফা হায়না তাইরমগেনা, খুং সোরোন লৈরোন নোংলোন ৩ মক্তগী মপু শিদবনা উং উং চীংঙুনা নরাক চীং অৱাংবা - মীরাইবা কনানা

কাঙমদবা পোংনাইবা কনা কাঙমদবা পুংমায়েন খাবীনা ইরা লুক্না কাজরকই, ইপান্না থারুক অশৈবা থাবান ঙাংখোম্নরিবা, অয়ুক্না য়েন্দা অঙনবা, পেনা থাদা পমলদুনা শামৈ ২ কারন্না চৈজিংনা য়েৎলোম পায়না ইনুংবা শিংখোং লুরু য়াগা কৈরক্লেদো। ইপালদনা মানোম কৈরমদে, খাবীনা ঐসু ইপান্না হৈনা নতুং ইঞ্জরকইনা সনানা লাংজেং মমৈ ব্রাইজরকই, থোংজিন্না ঐবু নাতৈ কাংজরকই চামলৌনা ঐবু লাং থারোই শীংঙেন্না ঐবু চারা নাপোম শাৎচরকই, থাকল থারক লৈনা হায়গৎচরকই, নিংথম ফৈজুপ ফীজিতোন মপল ব্রাইনা কাংজরকই। চোম্লাং মনা কাউবীহনবনা কাউব্রোকনবীয়ু শিঙেল লৈরাং অমনবনা পাউব্রোকনবীগনো শিঙঙেল ঐবু লৈহুনলোইনে, খাবী ঐদি লাথারোইনে, পালেম ইবেম্মা লোইশং ফা ... হিরুদনা তেংমাই খীল্লিবী চেগপনা নরু নুংদা ফম্ফমনা, ব্রায়েনবীরির্বা পালেমগী কোলোয় ময়াথং অথুম্ববু কোরৌ নোংদা কাঙমদা, মালেম লৈদা তাঙমদবগী তাংজা ঐবু লুদা থোংজরকই, শারেন লোইনা খঞ্জরকইনা শারিক ঐবু পাউখোললোইনে, নুংশিৎ চরৈ ... কাংজরকই, কোরৌ ঐবু শুংদাইরোইনে, অহিংনা কাংবী হুম্মাইরোইনে, খাচিক থকপা হৌনা হুম্বানা মদাইরেম ঐবু হাওনে তরাদনা ঐবু চাকমাং চারকপীনে, লৈকায়দনা খাম্বী মৈনাং তোয়নরকপীনে, পালেম ইমা ইবেম্মা মালেম লৈরেনহনবীসু খোয়দৌনা লেমফু মরুনুংদা ফম্ফম ব্রায়েনবীরো, খাবী লৈয়েং থক্তা ফম্ফমনবিররো, তাংজ লৈতোন খুরৌ চেলহনবীগনো..........।

## খ) খাবী ফুরা অমাইবীগী লাইহৌরোল ঃ-

হৌনা আ লিরি লিরি লিরি আ ইংল হুম নহাল্লোং মালেম চনিং লৈখৈরোন লৈখুরোন লোন্দি ৬ মক লৈহৌরোল লোন্দি ৬ মক মাইকৈ এ - ইং - এ মরিমক। মালেমদনা চিথেক ৮ মক পোইরৈ এ-ইং-এ শীংখাই ৬১ মক্তগী এ...এ...হুম...। সনা খুৎলৌতোন কাইবী ৩০ মক ৩০০ দনা য়াইবী মরোলনুং, খোইরা আ-উং-আ খোইরা লাপনুংদগী এ....। হৌনা .... অঙ... লিরি...লিরি.... লিরি...এ....হুম থম্না লাকোন্নুং ইব্রাংলেন কোরৌ নোংমদোন ৯ মক্তগী অনেম্বা চীংউ নখোংখদা....আ....উং...আ, লৈখারোন ১৭ মক্তগী এ....। খোয়য়ুমদনা মৈ.... ঈশিং.... নুংশিৎ ৩ মক্লা য়াইগা ওইরিবা...ও ব্রাংলোন পুংজা খেনদোং নুংঙাইবা ....ও...

খেলে...এ... ইং....এ নংগী নদাইরেম নুমিৎতনা নংগী নথোইলম। পল লৈনুং থারুক অশৈবা..ও থাবানাই ঙাংখোম্বনা, অয়ুক য়েন্দা মাংদা ইনুংবা শিংখোং য়াগা কৈরেমমদা ইপলদনা মাসু মদোমদে ঈ...এ...। নদাইরেম ওইবী ঐসু ... ও... উং .... ও ....., ইপন্দনগী হৈনা মতুং ইঞ্জরক্লিদো খাবী ঈথৌ খনবু খঞ্জরক্লে এ ... ইং .... এ .... অমাই ইরাল্লুপপু কাজরক্লে হুম... । চরৈ ঐবু থাঙজ অমনবনা পাউব্রোকনবীগনু, নুংনাংদনা কাউবীশী মনা অমন্ননা খোইয়ুম ওইনা পাউব্রোকনবীগনুনা ... ও .... উং .... ও .... ও ...। পালেমদনা ইমা ইবেম্মা খাবীদনা য়ুরেনহনবী অমাই নোংলেনহন্‌বী ... ও .... উং ..... ও ... । হিরুদনা তেংমাই লৈনা থীল্লীবী লোইশঙ ফালুপ, চেগপ মরুইন্না ফম্ফম ব্রায়েন তমলিবী, পালেম ইমা ইবেম্মগী মদাইরেমনে, পালেমনা থেংনা নৌনা শাৎলকপনা তরা ঐবু চাকমাংলোই খাম্বী ঐবু মৈশাং লোইনিদা, পালেম ইবেম্মগী কোলোই মপাউ অথুম্ববু, কোরৌ নোংদা কাওফরোই, মালেম লৈদা তাফদবনা আ ... উং ...আ ....। পালেম খোমলাং অনৌববু তোইনরিবী নদাইরেমনি, লৈপাকপু পুমফাই ইমা হায়না হৌরমলে, খুং সোরোন মরোল লৈরোল নুংলোন ৩ মক্তগী তয়ুম আ ... উংনা.... লিরি .... লিরি .... লিরি... এ ...ইং ... এ ... হুম ...॥০॥

## গ) ঙাগী লাংমাই অমাইবীগী লাইহৌরোল ঃ-

হুম ... উম ... উম ... উম ... উম। মালেমদনা চনিং লৈখৈরোল ব্রা ... দা ... আ... উং... আ ... লৈখারোলদ ১৭ তগী লৈহৌরোল লোন্দি ৫ মক, লৈমুরোল লোন্দি ৬ মক লোইবুদনা খোইরা লাপাননুং হায়দনা লৈয়েংনুংদগী তৌনিংদনা লৈশংপান থম্না লাকোন্নুং চমু চঙৌপাল হুপ্লাংদনা নরান্নুং তয়ুমনা হৌনা রি ... রি ....রি ... হৈয়া। মাইকৈদনা ৪ মক, শুংদাই ৮ মক, পোইরৈ শিংগাই ৬১ মক্তগী অব্রাংদনা কোরৌ নোংমদোল ৯ মক্তগী তয়ুম্না হৌনা রু ... রু ... রু ... হৈয়া, লৈবাকপু ফাই ইমা য়াগা কৈরকলে, খুং শোর মাগা তিলখরে, লৈরোল নুংলোন ৩ মক্তগী তিললে, তিনলেন্না হৈয়া। খোয়য়ুমদনা মৈ ... ঈশিং ... নুংশিৎ ৩ মক তিল্লক্লে... হৈয়ুম ... অয়ুক্কী য়েন্দা অঙনবদা পেনাথাদা ফম, চৈজিং য়েৎলোমদা পায়, শামৈ ২ না করন্নরদনা ইনুংবা শিংখোং য়াগা কৈরক্লে। লোইশং ঐগী ফালুনুং চেগপ

মরুওইনা ফম্ফম ব্রায়েল্লকলিবী ক্কগোক ঐদি শুংদাইরোইনি অহিং কাংবী হুমাইরোনি, শারিক ঐনা পাখোল্লোই, নুংথিল ঐনা চরৈ ফীরাল ওইবীনে। পালেম ইমা ইবেম্মাগী খাবী চাম্মা লোন্দম্বী অমাই চাম্মা শিন্তাক লকপী পালেমগী নদাইরেল ওইবীনি, লাইজ নৌনা ইল্লকপীনি চারা পৌরোল হাংজরক্লে থোংজিল নাতৈ কাংজরকলে, থাকলদনা লৈনা কাংজরক্লে ॥০॥

অসুম হায়দুনা খাবী অমাইবী চারৈ ফীঙৌ শেৎপী ওইবী শঙ অহুমগী লৈহৌরোলশিং অসি ময়েক সুনা তাক্লি হায়বসি তাইবঙচাশিং খক কাওফদে॥০॥

## হৌজিক হৌজিক্কম লোয়শঙশিংনা অয়াবা পীদুনা লৈবাক্কী ওইবা লাইথৌশিংদা চৎনরিবা শঙ অহুমগী লৈহুনশিং ঃ-

ক) শঙলেনগী ওইবা লৈহুনশিং ঃ-



খ) ফুরাশঙগী ওইবা লৈহুনশিং ঃ-




গ) লাংমাই (নোংমাই) শঙগী ওইবা লৈহুনশিং ঃ-




খঙজিনগদবশিং ঃ-

খাবী অমাইবী শঙ অহুম্মক্কী ওইনা লাইবুংথৌ ৯ গী লৈহুন, লাইনুরা ৭ কী লৈহুনশিং অমদি ঈকৌবদা কাবা পাগনদেম অমদি ফীগাওগী ওইবা লৈহুনশিং অদুদি অহোংবা অমত্তা লৈতে, শঙ অহুম্মক অসি চপ মান্নে কাওফদে তাইবঙচা ওইবশিং ॥০॥

## য়ুমদা লাংনরিবা সনামহিগী ওইবা সলাই তরেৎকী চৎনরিবা লৈহুনশিং ঃ-

**ক) মঙাং সলাই ঃ-**

য়াইবীরেল (কুরু) ৩, লাইনিংথৌ ৯, লাইরেম্বী ৭।

**খ) লুৱাং সলাই ঃ-**

য়াইবীরেল (কুরু) ৩, লাইনিংথৌ ৭, লাইরেম্বী ৫।

**গ) খুমন, অঙোম, মোইরাং, খাবা-ঙানবা অমদি সরাং লৈশাংথেম সলাইশিং ঃ-**

য়াইবীরেল (কুরু) ৩, লাইনিংথৌ ৩, লাইরেম্বী ৩।

**খঙজিনগদবশিং ঃ-**

লাইগী লাইথৌবু পাংথোক্লিবা / পাংথোক্লিবী অমাইবা অমদি খাবী অমাইবীশিংনা নমু তাইবঙচাশিংগী য়ুমথোং য়ুমথোং খুদিংগী ওইনা খুভম য়াজরিবা লাইনিংথৌ সনামহিকী ওইবা লৈহুনশিং অসি মশা মশাগী ওইজবা সলাইদা য়েংদুনা শিঙঙেল লৈরাং লৈহুন অসি কাইদনা তম্বীগদবনি। করিগুম্বা মতমদা সলাই সলাইশিংগী ওইবা লৈহুন অসি কায়না পীবীরবদি য়ুম অদুদা লৈরিবা তাইবঙচাশিং অদু য়াম্না পাংদে, কাংখোং য়াম্না চাই, চাহোং ঙাহোংদে, পুন্সি নুংশাংনা লৈবা ঙমদে হায়বদি লৈহুন কাইবা ফৎতে হায়না লৈহুন পুয়াদা ময়েক শেংনা তাক্লি।

লোইন্নবা য়েক তরেৎ অমদি সলাই তরেৎমক্কী ওইনা য়ুম য়ুমদা লাংনরিবা ইমা ইবেম্মা লৈমরেল শিদবী (ইশাফু) গী ওইনদি য়েক / সলাই তরেৎমক্কী ওইনা শিঙঙেল লৈরাং লৈহুন অসিসু লৈপোপ ৭ / ৭ ওইনা চপ মান্ননা কাবীগনি।

# লাইকৌলা (লাইবৌলা) গী লৈহুন শেম্বা।




খঙজিনবীগদবশিং ঃ-

হৌজিক্তি ময়াইদা তল্লিবা লাইগী ওইবা লৈহুন হায়বদি লাইনিংথৌনা - ৯, লাইরেম্বীনা - ৭, ওইনা লা অউপ্পা অমদি অরোংবা ওইদুনা য়োমলগা ওইনা তম্নরে মরমদি লাই শান্নবা মতমদা খুরক লৈ ওইনা পাইবদা নুংঙাইনবা হায়দুনা।

## লাই চনিং ফুকপগী ৱারোল।

ঐখোয়না য়ুম অমদি খুঙ্গংগী লাই অমগী থৌরম তৌবা তারবদি অপোকপা, লৈমরেল, য়েৎকী ফাংখোং, ওয়গী ফাংখোং, চনিং হায়না ১ /১ থাগনি। পুম্নমকশিং অসিদগী হেক ফুকপদা (লৌখৎপদা) য়াম্না লুবদি চনিং হায়বা অসিনি। ঐখোয় লাইগী মনাই ওইরবা / ওইরবীশিংনা চনিং অসি ফুকলমদাইদা (লৌখৎলমদাইদা) মখাদা পীরিবা লাইশোন অসি হায়রগা পাংথোক্কনি।

লাইশোন্দি ঃ- 'তরংলেন নোংদেম খোম্বা,
তরং শাহৌবা,
মাইবরেন নোংশাবা,
ননাই ঐহাক্তি করিসু খংজদে
অরানবা পুম্নমক ঙাকপীয়ু ॥০॥

অসুম হায়রগা খুৎবাক '৩' লক খুরগা '৩' লক চংথোক্তুনা লাইগী চনিং ফুক্কনি লোয়ননা য়ুমগী য়ুম্বু নৎত্রেগা লাই শেল্লুংবদা শিন্নবীগনি কাওগনু তাইবঙচাশিং ॥০॥

## খাবী অমাইবীগী চাকহেন ঙাহেন

ঙসিগী মালেম অসিদা মপু মহাক্কী মতিক ময়াইবু পাওদম্লিবী মীওই অদুবু ঐখোয়না খাবী অমাইবী চরৈ ফীভৌ শেৎপী হায়না খঙনৈ। হায়রিবী মীওইশিং অসিনা চারোই থক্লোইদবা চাকহেন ঙাহেনশিং খরা লৈ।

হায়রিবা চাকহেন-ঙাহেনশিং অসিবু ঙাক্লা চৎলবদি লাইগী লাইমিৎলোন হায়বদি লাইচংদা য়াম্না মতিক মঙান লৈবা হেল্লি। মখোয়শিং অদুদি মখাদা সুগাইনা তাক্লি ঃ-

১। ঙাগী মনুংদা চারোইবদশিং ঃ-

ঙাক্রো, ঙাসেপ, ঙাচিক, ঙমহাই, ঙাকিচৌ, ঙানপ, ঙারিল ঙাপ্রুম, খাজং, লোয়ননা অতৈ অতৈ মচি পানবা ঙাশিং।

২। শীংগী কাংলুপ্তা শিজিন্নরোইদবশিং ঃ-

হৈমাং, চরোৎ, লাংগোম, উরৈরোম, তেরা, তাইরেল, খিমলোই, লোয়ননা মৈখাক-মৈহুম নচিংবশিং শিজিন্নবা য়াদে।

৩। মরোইগী কাংলুপ্তা চারোইদবশিং ঃ-

চনম, তিলহৌ, ফমফাই, ময়াংবা, তোক্লিংখোক, লোম্বা অসিনচিংবা।

৪। হৈগী কাংলুপ্তা চারোইদবশিং ঃ-

হৈমাং, হৈবোং, কাংগ্রৌ অনিচিংবনি।

৫। ময়াই কাবা চিঞ্জাক্তা খাবী অমাইবী ফীশেং ফীঙৌ শেৎপীশিংনা অমত্তা চাফদে।

অসিনশু মদোমদে, ইমা অমাইবীগী চাকহেন ঙাহেন অসি য়াম্না কুপ্না লৈখ্রে। হায়রিবশিং অসিদগী হেন্না খংনবা মমা-মমা ওইবীশিংদগী খংজিনবীনবা হোৎনবীয়ু। পুম্নমকশিং অসি ঙাকপা ঙমদ্রগসু তাঙাইফদনা ঙাকফম থোকপা খরদি ঙাকপী শেনবীগদবনি মরমদি মসিনা মখোয়দা ফংলিবা লাইগী মতিক মঙাল (থৌজাল) বু মাংহন্দনা থম্বা ঙমই অমসুং মীথোই মীহেনবা লাইগী ওইবা লাইমিৎ থৌহনবা অমদি হেনগৎহনবা ঙমহল্লি হায়বসি ঙসিগী লাইথৌ তৌবীরিবীশিংনা কাওফদে হায়জনিংই।

## মাইবা, মাইবী অমদি পেনাগী ফীজেৎ

ঐখোয়না মাইবা, মাইবী অমদি পেনাগী ওইবা ফীজেৎশিং অসি মমাংঙৈদা লৈবীরম্বা নিংথৌরেলশিংদগী হৌদুনা 'মৈনা ৱাই তাং-না শমদুনা অদুম্মক চৎনদুনা লৈরক্লি।মখোয়নশিং অদুদি মখাদা পীজরি ঃ-

ক) মাইবা ঃ- সলাই কোৎয়েৎ, ফুরিৎ অঙৌবা সাইককপা, ফৈজোম অঙৌবা, লেংয়ান অঙৌবা।

খংজিনগদবা ঃ- সনা কোনুংগী লোযশংগী অয়াবা ফংলবদি ফীবোং চামিবা (রেসোন) ফুরিৎ, খামেন চৎপা, খুজি -তান নচিংবা শেৎলি অমদি লিৎলি।

খ) মাইবী ঃ- ফনেক অঙৌবা, ফুরিৎ অঙৌবা, খ্বাঙচেৎ ফী অঙৌবা।

খংজিনগদবা ঃ- সনা কোনুংগী লোইশঙগী অয়াবা ফংলবদি ফীবোং চামিবা (রেসোন) ফুরিৎ, শারোং উরেক- শেক। খুজি- তান্নচিংবা শেৎলি অমদি লিৎলি।

গ) পেনা ঃ- কোৎয়েৎ অঙৌবা, ফৈজোম অঙৌবা, ফুরিৎ অঙৌবা শাঙ্গীককপা, খ্বাঙচেৎ অঙৌবা।

খংজিনগদবা ঃ- সনা কোনুংগী লোইশঙগী অয়াবা ফংলবদি খমেন চৎপা, খুজি - তান, ফিবোং চামিবা (রেসোন) ফুরিৎ নচিং শেৎলি অমদি লিৎলি।

শঙ অহুম্মক্লা অরোইবা ওইনা খংজিনবীগদবদি লৈবাক অসিগী মপু ওইরিবা ইনিংথৌনা পেনবীদুনা কনাগুম্বা মীওই অমত্তা (মাইবা, মাইবী, পেনা) 'মনা অসুবা ফংজরো' হায়না য়াথং ওইনা পীবীরবদি লোয়না সুনা শেৎপা চাবা য়াদে, তৌহৈদে, পুন্সিদে হায়বা খংজিনবীয়ু। মখোয়শিং অদুগী মরক্তগী অমতংদি ব্রাৎনা শেৎ-চাবীগদবনি।

## সনামহি চেংহোংলোন

হে হৌ !! হে হৌ !! হে হৌ !! হোংনেমলো হোংনেমসে, লমলেনমদা মদাইমদা হোংনেম্বা, কংলৈয়োন্দা পুংময়োন্দা হোংনেম্বা, খোয়য়ুম থৌবু লাইনিংথৌবু হোংনেম্বা, লাইরেন য়াইঙ্গনা নানোংয়াইনা থেংনেম্বা, লিকলাইরেন্না নিংথৌরেন্না হোংনেম্বা, লোইদামগীদি থাকাওদনা লংহৈগীদি কুমগাওদনা হোংনেম্বা, খোইয়োম পাগা লাইরম পুগা হোংনেম্বা লমলেনগীদি তেংমাইথিনবা অহুমমক্কা তৌবকনা লাকথোং কানা চীংঙু ইনা হোংবান ব্রাইন হোংনেম্বা, হাংইগীদি খোংছোম্বা মশুথং সোরা ইরু পানবা মনাসুম ব্রানা মানবী তেমথ[illegible] তেংনা মানবী কৌবা শুমলেনগীদি, মাইপাকপনা ই[illegible]দি লানগীদি পানবা কৈরেলদি পাথা শওম হরাওতংদি থক্ক থোংহন্নু [illegible]মশন লাংমাইনুদি য়াইন শমলেনগীদি মাইপাকপদা [illegible] হৌনা য়েমলোই হৌনা, পাখঙগীদি মদাং শাংনা শেলোইগীদি লংমাই নিংথৌ চনু লৈমা কোনশাংনু শাঙু থব্রাইগীদি নুরৈশংবু শনবী মপারি চেগাই মক্রাবা লনশিংনুবনগীদি উয়ুংসু শয়িগীদি কুহিসুং শুমুগীদি তোনতাংবদা শরিক্লা খিং খিং থাংনা শুকতোনগীদি লাংদাই থাংনা খিং খিং থাংনা, খিং খিং থাংনা তোনগীদি লাংমাই থাংনা পালেম ব্রাইনা, খাংতপ ব্রাইনা, শুকনিংনা মোইনিংকান লোইমোমহুন কুরোনহুম মংখাবদা হেগীদি চেংচা তান্না মাইস্ত্রৌ তান্না পালেমগীদি থোইদিং লান তরা থৈঙারাদা উমুলাদা, তাংমালাদা ইতোমগীদি হাওনু নুবু তননু পান্দোইনুবু শাফাবীবু ফানা লানা য়াংকোক

লাদা, কনম লাদা মোম ফৌদি তুংদা ইন তরা চেংদি মাংদা ইন্না য়াম্বী তান্না মাইঙৌ খোয়য়ুম্বু হোংলেম্বা লাইতিংথৌবু হোংনেম্বা, সংলেনগী হথিনবা অহুমমক্না খোয়য়ুমগীদি লাইথোং হাংনা কৌবাকান কাংকান চীংঙু ৱাইনা খোংবান ৱাইনা খোয়য়ুমগীদি লাইরেম য়াইনা পানোংয়াইন পোইরৈ হৌনা খনচা হৌনা হোন নাইচা হৌনাখোয়য়ুম থৌবু হোংনেম্বা লাইনিংথৌবু হোংনেম্বা, তরা লেম্না চেংবানা লেম্না, লোইমোম লেম্না, ফৌবন লেম্না, শিংলেম লেম্না, লৈপাক লেম্না, খোইমোম থৌবু হোংনেম্বা লাইনিংথৌবু হোনেম্বা, চীংঙুগীদি নরনকুবু, খোইমোমগীদি নাথৌজানবু পোইরৈনববু খুনখোংনববু ৱাঙমনববু, খুনচাওনববু লাইরেন য়াইদি মনোংয়াইদি লিকলাইরেশিনদি নিংথৌরেন্দি, খোইমোমখাদা, সনা খাদা, নখোংখাদা, লাইরেন য়াইনা ননোংয়াইনা য়োইবুবীগা তম্বীবা মৈত্রে মানা চীংঙু ৱাইনা থোংবান ৱাইন কোরৌলেমনা, লমশা লেমনা ৱাংবল লেমনা, পাওগ লেম্না, লোইন তোকলবদা ঙমদা তোকলবদা, চীংঙু চীং চমন থা নথৌচন্না লাইরেন য়াইনা ননোং য়াইনা লিক লাইরেন্না নিংথৌরেন্না নয়ুলৈবু হোংনেম্বা, লৈবু লৈপুমসিবু ইৱান লৈবু কোনশিল্লমগে, মকোন থোক্কীবু কোললো, হোংনেমলো, হোংনেমলো ॥০॥

মথক্কী অসিনি হৌজিক হৌজিক ফাওবদা ইপা-ইপুশিংনা মৈনা ৱাই তাং-না শমদুনা শিজিন্নরিবা 'সনামহি চেংহোংলো হায়বা ৱাহৈ অদুনি।

## তাম্বুল অমদি নুরাবীগী লাংওন তরেৎ

ঙসি ফাওবদা মৈতৈ/মীতৈ উমংলাই হরাওবগী লাই লোইবা মতমদা তাম্বুল অমদি নুরাবী হায়বা অমা হেক হেক থোকপা উই। মখোয়গী লাংওন লংদাই অসি কয়া সুবনো হায়বদি ঐখোয়না খক হকচিন্না লৌরুদে। মখোয় মখোয়গী ওইবা লাংওনশিং অদুদি পুয়াগী লিক্লম লিখুলগী মতুং ইন্না মখাদা তাক্লি ঃ-

| তাম্বুল লাংওন | নুরাবী লাংওন |
|---|---|
| ১। লোইরেম্বা | ১। লাইখুতোন |
| ২। নোংপোক চেংথেল লাকপা | ২। তঙকনুবী |
| ৩। নোংপোক সেলু অপানবা | ৩। নোংপোক পাম্থোইবী |
| ৪। নোংপোক চুমথং খেল্লেনবা | ৪। অপানথোইবী |
| ৫। নুংপোক নহাকপা | ৫। ব্রাইরং পাম্বী |
| ৬। নুংপোক নোংলেনবা | ৬। হাওরৈমা শমপুবী |
| ৭। নুংপোক শরম পাখঙবা নম্বা চরুলেন | ৭। উমা সনা চীংচরোইবী |

হায়রিবা লাংওন লংদাইশিং অসিনি ॥০॥

## লাইচৎ-লাইহুইশিংগী পুগদবা শঙশিং।

ঐখোয় তাইবঙচানা লাইগী ওইবা লাইচৎ লাইহুই হায়রগা করিবু খংনবগে ? মসি হায়রগদি তাইবঙচাশিংনা অসুম্না খংনৈ মদুদি খোয়যুম লাইয়ামশিং অসিবু কনা কনা পুন্না চৎমিন্নবা য়াবগে হায়না খন্দোক খঞ্জিন তৌবা অসিবু তাইবঙচাশিংনা লাইচৎ লাইহুই হায়না কৌই মসিসু কাংলুপ অহুম/অহুম (৩/৩) থোক্লা খাইদোকই। অহানবা কাংলুপ্তা লাই নুপাগীদা অহুম থোক্লা খাইদোকপা য়াই। মখোয়শিং অদুদি ঃ-

১। সনামহি, ২। পাখঙবা অমদি ৩। নোংশাবা।

অনিসুবা কাংলুপ্তা লাই নুপীদা অহুম থোক্লা খাইদোকপা য়াই। মখোয়শিং অদুদি ঃ-

১। লৈমরেল, ২। নোংথাংলৈবা অমদি ৩। লাইখুরেম্বী।

মথক্তা পাঞ্জখিবা লাইচৎশিং অসি করম করম্বা খাবী অমাইবীগী শঙগী মীওইশিংনা মথৌ মঙম অসি পাঙগনি হায়বদুদি মখাদা শুগাইনা পীরি। মখোয়শিং অদুদি ঃ-

| | লাইচৎশিং | | পুগদবা শঙশিং |
|---|---|---|---|
| ১। | সনামহি লাইচৎ | - | ফুরা শঙ |
| ২। | পাখঙবা লাইচৎ | - | শঙলেন শঙ |
| ৩। | নোংশাবা লাইচৎ | - | ফুরা শঙ |
| ৪। | লৈমরেল লাইচৎ | - | লাংমাই শঙ |
| ৫। | নোংথাংলৈবা লাইচৎ | - | শঙলেন শঙ |
| ৬। | লাইখুরেম্বী লাইচৎ | - | লাংমাই শঙ |

খঙজিনবীগদবদি ঃ-

ঐখোয়না. করিগুম্বা লাইচৎশিং অসিবু হরাওবা তারবদি ইমা খাবী অমাইবী ফীশেং ফীঙৌ শেৎপী শঙ অহুম (৩) অসিদা য়াওরিবা মাইবী খুদিংমক্লা মশা মশাগী লাইচৎশিংগী মতুং ইন্না লৈরাং লৈহুন তম্বীগনি। অমবু অমনা লান্না থক তমহৈদে, তমলবদি লৈবাক নিংথৌ কাইগনি, খুঞ্জাও লৈচাওরোই, চাহোং ঙাহোংলোই অমদি মচা মনাইশিং পুন্সিরোই। তঙাই ফদনা মাইবীশিংগী মরক্তা শঙশিং অসিগী লৈরাং লৈহুনশিং সুনা খংবা ইমা অমাইবী অমা য়াওরগা হরাওবীগদবনি খংদ্রবদি মফম অদুদা পুরিবা লোইশঙগী মকোক ওইবা অমাইবদগী পৌতাক লৌবা তঙাই ফাদে কাওগনু। ঐখোয় তাইবঙচাশিংনা মতম পুম্নমক্তা কাওরোইদবদি অমাইবা অমাইবী হায়বা অনিসি পুন্না তাথোক তাশিন তৌদুনা চৎমিন্নগনি অমনা অমবু হস্থনা থক খনবা তৌহৈদে হায়বসি কাওফদে।

# লাইচৎ-লাইহুইশিং।

ঐখোয়না লাইচৎ লাইহুই হায়বা অসি মখল অনি থোক্লা খাইদোকপা য়াই। মখোয়শিং অদুদি ১। লাই নুপা (লাইরেম্বা) অমসুং ২। লাই নুপী (লাইরেম্বী) হায়না খাইদোকই।

১। লাই নুপা (লাইরেম্বা) গী কাংলুপ্তা অমুকসু মখল অহুম থোক্লা খাইদোকপা য়াই মখোয়শিং অদুদি মখাদা পীরি ঃ-

**ক) লাইনিংথৌ অশিবা। অতিংকোক শিদবা (সনামহি)**

**খ) লাইনিংথৌ কোঞ্জিন তিংথোকপা (পাখঙবা)।**

**গ) লাইনিংথৌ অতিয়া শিদবা (নোংশাবা)।**

## ক) লাইনিংথৌ অশিবা/ অতিংকোক শিদবা (সনামহি) গী কাংলুপশিংদি ঃ-

সনামহি, সমদোল অয়াংবা খাকপা পুরাং পুরৈরোম্বা, নোংপোকনিংথৌ, সোরারেল নুথিবা, লোয়ালাকপা (তোলোংখোম্বা) ময়াং নহাসারৈ থেকপা, য়োইমোংবা, থোংনাংনিংথৌ তাউরোইনাই, কুপত্রেং, খুমু তুংইন্নবা, ব্রাংথা মৈরোইনবা, ব্রাইকোক শারিবা, লাইনিংথৌ হনবা, য়েল্লাংবা, হঙ্গোই নিংথৌ, সেংপান, ব্রাংবরেল, ব্রাখা লাকপা, কৈরাও লাকপা, খোংজিলাকপা, অরোইনুং, লোকনিংথৌ, ঈশিং চাইবী, নোংকাংচেং, ব্রানভৌবা, নুংকাশিংপাক, মোংবা হনবা, পাল্লু লৈয়োনবা, ওকসুরাকপা, থৌঙাইবা, য়ুচেং, য়ুহা, খোইরিফাবা, কোরৌহনবা, পাংগনবা, কৌবরেল, কম্বোংপুঙ অমদি ইরুম নিংথৌ হায়রিবশিং অসিনি।

## খ) লাইনিংথৌ কোঞ্জিন তিংথোকপা (পাখঙবা) গী কাংলুপশিংদি ঃ-

পাখঙবা, কোংলৌরেন অপাম্বা যাওহন অহনবা (নাওকল), খম্বাংবা, মুব্রা নিংথৌ, তাউথিংমাং, য়াংগোইনিংথৌ, তুবুচিংনিংথৌ, আচাবা, থাংজিং, সেনত্রেং, ইকোপনিংথৌ, অয়াপা, লৈকাচেং, ব্রানমুবা, নুংজেংবা, নোংথিলচাইবা, য়ৌঙাইবা, কোংতিংলেন, শামুরৌলাকপা।

**গ) লাইনিংথৌ অতিয়া শিদবা (নোংশাবা) গী কাংলুপশিং ঃ-**

নোংশাবা, চাখাবা, মার্জিং, লুৱাংনিংথৌ, লাংবুম নিংথৌ, হমবুম নিংথৌ, থৱাইরেন, পোনবী লুৱাংবা, সিংতাবুং, পোইরৈতোন খুনথিবা, পুদাংকোই, নুংপোকপা, নুংগাং মহারাবা, চীংখৈ নিংথৌ, মহৌনিংথৌ, উতিন উকাং নিংথৌ, ঈপুনলেন, ঈতাইরেন, মকুরোৎ, থোংথোক কারন, অন্দ্রো খুল্লাকপা, চেংঙা, থৱা, কৌব্রু, ওংজা নিংথৌ, খুম্নুং থোংঙারেন।

২। লাই নুপী (লাইরেম্বী) গী কাংলুপ্তা অমুকসু অহুম থোক্লা খাইদোকপা য়াই। মখোয়শিং অদুদি ঃ-

**ক) লৈমরেল**

**খ) নোংথাংলৈমা**

**গ) লাইখুরেম্বী**

**ক) লৈমরেলগী কাংলুপশিংদি ঃ-**

য়াবীরোক, হিরৈমা, ইরাইলৈমা, হীকুবী, তরুংলৈবা, চীংনকোন লৈমা (চীংবা লৈমা), ইরোং লৈমা, নোংগা লৈমা, হিয়াংথাং লাইরেম্মা, য়াইরৈমা, য়াইকুবী, হীপোকপী, য়াইপোকপী, নুংথেল লৈমা, য়াওরৈমা, ইরৈমা, নুমিৎ লৈমা, লোক লাও লৈমা, খাঙব্রম, হুইমুলৈমা, চীংথাং লৈমা, লাংজিং লৈমা, খম্লাং তাউবী, হৈস্নাম ফৌদম্বী (লাইরেম্বী), খুল্লৈমা, ইমোইনু, ইচুম লৈমা, চেংলৈমা, চীংঙা লৈমা, হৈপোক লৈমা।।০।।

খ) নোংথাংলৈমাগী কাংলুপশিংদি ঃ-

পান্থোইবী, তান্থোং লৈমা, লৈমথোং লৈমা, লমদেং লৈমা, হৈননৌকোক লৈমা, তাংজিং লৈমা, চনিং লৈমা, নুংগোইবী, কোলোয় লৈমা, থুমলৈমা, ঙারৈমা, থারৈমা, ফৌওইবী, য়োৎলৈমা, ৱাত্রেসিনহৈবী, কোনলৈমা, খকপা নিংথৌ চনু, মোইনু চনু (মোইবী লৈমা), পিথেৎ লৈমা, লাইৱা লৈমা ( লৈরে লৈমা), লাইনথানবী (লাইহন থানবী), খাবী পুকোক চনু, লিক্লবীচা, য়াইবী লৈমা, প্রিথাই খোংদ্রাইবী, সরিক লৈমা, পুকস্ত্রি লৈমা, লৈমা নুংখোং নুংলাওবী, খম্বী ইয়েংচা (খাম্বা য়াদৈ), লংমাই লৈমা, চীংজ্রোইবী, ৱাইকৈরৈমা, থোংঙাক লৈমা, সিতানুবী, চরাং লৈমা।

### গ) লাইখুরেম্বীকী কাংলুপশিংদি ঃ-

লৈনাওতাবী, লাইম্না, চীংনুলৈমা, থমনুলৈমা, অহুমনু, অরৈনু, থেরেলোংবম চনু,তোনথাংনু, সৌবোন লৈমা।

খংজিনগদবা ঃ-

হৌজিক্তি লাই মশিং যাম্না হেনগৎলকপনা মবম ওইদুনা করম্বা লাইচৎ লাইহুই চৎনগদগে হাযবদু মুন্না খল্লগা অমদি কোনুংগী অয়াবা যাওবগা চৎনগনি।

## পানা অমসুং লৈকায় খায়বা কংলৈ পাফল।




খংজিনগদবদি ঃ-

মথক্কী কংলৈ পাফল অসি লৈবাক নিংথৌনা মমাংঙৈ লৈঙাকলিঙৈগী পানা অমদি লৈকাই খাইবা অশেংবা কংলৈ পাফলনি।

## লাই হরাউবগী পাফল চৎপদা শক্কদবা ঈশৈ।

ঐখোয়না লাই হরাউবা অসি নোংমা নোংমগী হেক হেক লোইরমদাইদা যুমজাও পাফল হায়বা অমা হেক হেক চৎলি। মসিদা মখাগী ঈশৈ অসি শকপা শোনবদা য়াম্না মতিক ময়াই হেনহল্লি, খুঞ্জাও লৈচাওহল্লি।

"ঈশৈ"

চকশিং লাংশিং লাংদাইরে,
পাখঙবা কোন্দি কোনফরে,
কোন্না চক্তি মীৎপাংলে,
কংলৈ পুংময়োল লাংহৈরে।।০।।

ঈবুধৌ ঈবুংঙো নুংশিবা
খেলৈ চুমথাং পাখঙবা, থাজ চুমথাং খল্লিবা
থাজ ফীজং খল্লিবা
কোরৌ থক্তা ঙাল্লিবা
ঈবুধৌ ঈবুংঙো নুংশিবা।।০।।

অঙৌবা লাংওন ওইদুনা
পাখঙবা লিককোক ফাওরক্লে
অনজিগী লাইয়ুম ওইদুনা
তুবী ময়েক ফাওরক্লে
ঈবুধৌ ঈবুংঙো নুংশিবা।।০।।

অচুম্বা লমদাং তরেৎনা
সনাগী খ্বাংজেৎ ওইবা লাই
খোয়বা চীংগী চীংদোলদা
পাখঙবা য়াংবী ফাওরক্লে
ঈবুধৌ ঈবুংঙো নুংশিবা।।০।।

তুথুপ কীশি মরিনা
মাইগৈ মরি সুপলিবা
তুথুপ কারল মরিনা
মাইগৈ কারল ফারিবা
ঈবুধৌ ঈবুংঙো নুংশিবা ।।০ ।।

নমৈবু নয়ানা চিক্কুনা
তেংবালববু য়েক্লিবা লাই
চিরোং নুমিৎ মশেক্লা
অচৎ চৎতা য়োক্লিবা লাই
ঈবুধৌ ঈবুংঙো নুংশিবা ।।০ ।।

নবুক্লা নোংথৌ ওইরিবা
ননম্লা য়াংবী ওইরিবা
নতুনা তুরিক খুদিংদা
সনা হাজং য়ৈরিবা
লুপানা কোঙ্গোল থিল্লিবা
নচুনা লাইকোই ওইরিবা লাই
ঈবুধৌ ঈবুংঙো নুংশিবা ।।০ ।।

চিরোং অনিনা ঙানবনা
য়েৎলোম থংবা চিরোংনা
সনানা হাজং য়ৈরিবা
ওইরোম থংবা চিরোংনা
লুপানা হাজং য়ৈরিবা
ঈবুধৌ ঈবুংঙো নুংশিবা ।।০ ।।

তোক্লেন লিশিং অমনা
তুবী তোক্লেন অমনা
পুন্নেন পাৎতা চাক্তাবা

তুবা তোক্লেন অমনা
ইকোপ লাইপাল শোইদা চাক্তাবা
তুবীনা তোক্লেন অমনা
ময়াইনা কোইরেন সুংদোকপা
কংলাগী সুরুংদা চাক্তাবা
তুবীনা তোক্লেন অমনা
লোক্তাক পাৎতা চাক্তাবা
ঈবুধৌ ঈবুংঙো নুংশিবা ।।০ ।।

নসু ঈবুধৌ ঈবেম্মা
তাইবঙ সোরালেন পুম্ববু
কদাইদা করি শোয়গদগে
কদাইদা করি তাহল্লারোই
নমৈবু নয়ানা চিক্তুনা
লানগোনবীরিবা ঈবুধৌ

ঈবুধৌ ঈবুংঙো নুংশিবা ।।০ ।।

খেল্লেনচুমথাং পাখঙবা
থাজনা ফীজং খল্লিবা
কোরৌ থক্তা ঙাল্লিবা
ঈবুধৌ ঈবুংঙো নুংশিবা ।।০ ।।

খংজিনগদবা ঃ-

মথক্তা পীরিবা ঈশৈ অসি লাই হরাউবদগী যুমজাও পাফল অমদি মাইবীশিংগী পাতোন জগোয় চৎপা মতমদা শকপা শোনবনা হেন্না ফৈ। অতৈ মতমদা শকপা য়াদে মরমদি খুঞ্জাও লৈচাওই কাওগনু ।।০ ।।

# কোনয়াই হুনবগী মখলশিং

১। ঈম্ফাল মখৈদি 'হৌ কংলৈবু' হায়না হুনগনি।

২। অৱাং মখৈদি 'হৌ থাঙৱাইবু লমহল্লো' হায়গনি।

৩। নোংপোক মখৈদি 'হৌ ৱাইরংবু লমহল্লো' হায়গনি।

৪। নোংমাইজিং ৱাংমা মখৈদি 'হৌ সেল্লোইবু লমমহলো' হায়বনি।

৫। লিলোংদগীনা থৌবাল মখৈদি 'হৌ লাংলোইবু লমহল্লো' হায়বনি।

৬। হিয়াংথাংদগীনা ফৌগাকচাও ফাওবা সেগ। লন্থৈগী সোরোক্কী নোংপোক মখৈদি 'হৌ লানলোইবু লমহল্লো' হায়গনি।

৭। অরোংদগী শুগুনু ফাওবা 'হৌ থরৈবু লমহল্লো' হায়গনি।

৮। শুগুনু মখা মখৈদি 'হৌ লেমলৈবু লমহল্লো' হায়গনি।

৯। লাইরেন শাজিক্তগী ইরেংবম ফাওবা তোংজৈ মরিন সোরোক্কী মনিং মখৈদি 'হৌ লোনলোইবু লমহল্লো' হায়গনি।

১০। ওইনামদগীনা নিংথৌখোং ফাওবা 'হৌ খুরাইবু লমহল্লো' হায়গনি।

১১। নিংথৌখোংদগী মোইরাং ফাওবদা 'হৌ ঙাংঙোইবু লমহল্লো' হায়গনি।

১২। [illegible]ং মোইরাংদগীনা মনিং অদু 'হৌ কেগেবু লমহল্লো' হায়গনি।

১৩। লাইশঙ মনুংদা লাইগী হুনবদি মখৈদি 'চীঙুবা লাইকোন্নুং মোংবা য়ুমদাংসাং হৌ কংলৈবু লমহল্লো' অসুম হায়গনি। কাবোদা 'সেনবী' ময়াংদা 'থোংনাং' হায়গনি। ঈম্ফালদা ওইরগনা 'কংলৈবু' হায়বনি।

খংজিনগদবা ঃ-

অমাইবশিংনা য়াম্না চেকশিনবীগদবদি লাই ঈকৌবা অমদি লাইকোন্নুংদা সনা লুপানা কোনয়াই হুনবা মতমদা লম লমগী চান্নবা কোনয়াই কোনথালোন য়েংদুনা হুনবীগনি শোইরবদি লাইথৌ অদু পাঙলোই কাওফদে॥০॥

# থা ১২ গী ওইবা চাহৈদবা চিলহৈদবা পোৎশকশিং।

১। শজিবু থাদা ঃ- লফুথরো, ফুনিল লাইদা কৎপা অমদি চাবা তৌহৈদে। লাং মতোন চিলহৈদে।

ফল ঃ- পুক্লিং ব্রাই পাঙ্গল অমদি কুচু মাংই।

২। কালেন থাদা ঃ- লোক্লৈ, পুল্লৈ, য়েংখুমান লাইদা কৎপা চাবা তৌহৈদে। কোনবীরৈ চিনবা তৌহৈদে।

ফল ঃ- পাঙ্গল, কুচু মাংই।

৩। ইঙা থাদা ঃ- কোমপ্রেক চাহৈদে। শংব্রৈ, লৈপাকলৈ চিলহৈদে।

ফল ঃ- হারা থুংই।

৪। ইঙেন থাদা ঃ- য়েনপৎ, কল্লা, কোমোন চাহৈদে। হাওরৈ, থারো চিলহৈদে।

ফল ঃ- ব্রাথোক ব্রায়ামই। ঈশিংগী লাইথুং পকএ।

৫। থব্রান থাদা ঃ- লোক্লৈ পুল্লৈ, কৌথা চাহৈদে। য়েরুলৈ, থারো চিলহৈদে।

ফল ঃ- উশা-লাই লাইথুং পোকই।

৬। লাংবন থাদা ঃ- পানখোক, য়েনবুম, তেক্তা চাবা তৌহৈদে। উরিরৈ, নুংঙ্গারৈ চিলহৈদে।

ফল ঃ- পুক লাই, লমহুন পোকএ।

৭। মেরা থাদা ঃ- মাইরেন মতোন, তোক্লিংকোক চাবা তৌহৈদে। খারম লৈশোক, পেক্রকলৈ চিলহৈদে।

ফল ঃ- শিংলি শোক্লা পুক্কী লাইথুং পোখএ।

৮। হিয়াঙ্গৈ থাদা ঃ- হঙ্গম, পেরুক, উয়েন লাবা চাবা তৌহৈদে। নুমিৎলৈ চিলহৈদে।

ফল ঃ- য়ারি, লৈখা শোকএ অমদি চবুমলাই পোকএ।

৯। পোইনু থাদা ঃ- সেবোৎ লিন্মনবী চাবা তৌহেদে। লাংথ্রে চিলহেদে।
ফল ঃ- য়ারিদা, চাবুমলাই পোকএ।

১০। ব্রাকচিং থাদা ঃ- উশোই, শোইজিন, তেংনৌমানবী চাবা তৌহেদে। লৈরি, লৈশং চিলহৈদে।
ফল ঃ- লাইনা তাথি, শা-ঙানা শাওই।

১১। ফাইরেন থাদা ঃ- ফৈজা, ফকচেৎ, য়েনপৎ চাবা তৌহেদে। স্নালৈ চিলহৈদে।
ফল ঃ- অহোরাই থুংএ।

১২। লমদা থাদা ঃ- হব্রাই থাংপাকপী, কেঙোই চাবা তৌহেদে। নোংপোক লৈ লংথ্রে চিলহেদে।
ফল ঃ- লমশি শি, ফুগামগী লাইনা পকএ, কম্বীরাই হৌএ।

খংজিনগদবশিং ঃ-

নুপা ওইবশিংনা থাইনা মমাংঙৈদা চাহৈদবা চিলহৈদবা, য়েংহৈদবা, তৌহৈদবা থবক খুদিংমক ঙাক্লা চৎনরম্মী। মরম অদুনা মখোয় মখোয়না তৌজরুবা থবক খুদিংমক্কী ফল অরেম্বা তাই ফত্তে, তৌহৈদে হায়রিবা থবক খুদিংমক্তা কুপ্না য়েংশিনবা অমদি নৈনবা চুমই। মরম খংদনা অন্ধবিশ্বাসনি হেক হায়জিল্লিবা নুপা নুপী অদু মকোক য়াওদ্রবা শানি।।০।।

# থা/থাগী চৈ কাবা নুমিৎশিং।

১। শাজিবু ঃ- নোংমাইজিং, নিংথৌকাবা অমদি থাংজা।

২। কালেন ঃ- লৈবাকপোকপা, য়ুমশকৈশা অমদি শগোলশেন।

৩। ইঙা ঃ- ইরাই, থাংজা অমদি নোংমাইজিং।

৪। ইঙেন ঃ- নিংথৌকাবা, লৈবাকপোকপা অমদি য়ুমশকৈশ।

৫। থৱান ঃ- শগোলশেন, ইরাই অমদি থাংজ।

৬। লাংবন ঃ- নিংথৌকাবা, লৈবাকপোকপা অমদি নোংমাইজিং।

৭। মেরা ঃ- য়ুমশকৈশ, ইরাই অমদি শগোলশেন।

৮। হিয়াঙ্গৈ ঃ- নিংথৌকাবা, থাংজ অমদি নোংমাইজিং।

৯। পোইনু ঃ- লৈবাকপোকপা, য়ুমশকৈশ অমদি শগোলশেন।

১০। ৱাকচিং ঃ- ইরাই, থাংজ অমদি নোংমাইজিং।

১১। ফাইরেন ঃ- নিংথৌকাবা, লৈবাকপোকপা অমদি য়ুমশকৈশ।

১২। লমদা ঃ- ইরাই থাংজা অমদি নোংমাইজিং।

খঙজিনগদবা ঃ- থা/থাগী চৈ কাবা নুমিৎশিংদা অফবা থবক তৌবা য়াম্না ফৈ হায়বসি ঙসিগী তাইবঙচানা কাওফদে।

## অফবা তাবা থবানশিং

চায়োল ৭ কী ওইবা অফবা তাবা থবানশিং মখাদা পীজরি ঃ-

১। নোংমাইজিং ঃ ৫/১০/১৫/২০/৩০ - থবান অফবনি।

২। নিংথৌকাবা ঃ ৫/১০/১৫/২৪/৩০ - থবান অফবনি।

৩। লৈবাকপোকপা ঃ ২/৭/১৩/১৭/২৭ - থবান অফবনি।

৪। য়ুমশকৈশ ঃ ৬/১১/১৬/২৫/২১ - থবান অফবনি।

৫। শগোলশেন ঃ ৩/৮/১৩/১৮ - থবান অফবনি।

৬। ইরাই ঃ ৪/৯/১৪/১৯/২৯ - থবান অফবনি।

৭।    থাংজ ঃ        ১/৬/১১/১৬/২১/২৬ - থবান অফবনি।

খংজিনগদবশিং ঃ-

চয়োলগী পীরিবা নুমিৎশিং অসিগী মনুংদা পীরিবা থাবনশিং অসি অফবা তাবনিনা অফবা থবক তৌবা য়াম্না ফৈ।

## থবানগী মতুং ইন্না চাহৈদবা চিলহৈদবশিং

১।    নোংমা পানবা ঃ    হব্রাই থাংপাক, হয়িৎ, তোর্বোৎ।
লৈনা ঃ    চহুই চাহৈ চিলহৈদে।

২।    নিনি পানবা ঃ    য়েংখুমান, লৈপুংথাংথা।
লৈনা ঃ    লৈপাকলৈ চাহৈ চিলহৈদে।

৩।    হুমনি পানবা ঃ    খামেন, হৈত্রোই
লৈনা ঃ    লৈহাও চাহৈ চিলহৈদে।

৪।    মরিনি পানবা ঃ    হৈকক, মোতোক্লে, মুলা
লৈনা ঃ    কাবোক্লে চাহৈ চিলহৈদে।

৫।    মঙানি পানবা ঃ    ওকচাকখোম্বী, হৈজাংনমবোনবী হৈখাগোক।
লৈনা ঃ    কোম্বীরৈ চাহৈ চিলহৈদে।

৬।    তরুক্নি পানবা ঃ    কম্বোং, মোঙামহৈ, নিম।
লৈনা ঃ    নুংঙ্গারৈ চাহৈ চিলহৈদে।

৭।    তরেৎনি পানবা ঃ    চেংগুম, হৈরাংখোই, কোনা।
লৈনা ঃ    লৈশং চাহৈ চিলহৈদে।

৮।    নিপান্নি পানবা ঃ    লোক্লে, য়ুবী, মরুওইবা অনি অসিনি ঙল্লবদি হৈ- লৈ পুম্নমক চাদবানা হেন্না লৈ।

৯।    মাপন্নি পানবা ঃ    ঈশিং কোন্দোন, চুম্রে, খোংদ্রুম।

লৈনা ঃ চিংথ্রাও চাহে চিলহৈদে।

১০। তরানি পানবা ঃ কেংঙোই, নুরাহে, কোলম্নি।
লৈনা ঃ খারম লৈশেক চাহে চিলহৈদে।

১১ তরামথোইনি পানবা ঃ হব্রাইউরি।
লৈনা ঃ চিলহৈদবা লৈতে।

১২। তরানিথোইনি পানবা ঃ য়েলাং, হঙ্গাম, হৈবোং।
লৈনা ঃ থম্বাল চাহে চিলহৈদে।

১৩। তরাহুমদোইনি পানবা ঃ য়েনদেম, চম্প্রা, খামেন।
লৈনা ঃ হনুরৈ চাহে চিলহৈদে।

১৪ তরামরিনি পানবা ঃ কশারি, হৈবা, শগোলহব্রাই
লৈনা ঃ মোদোল্লৈ চাহে চিলহৈদে।

১৫ তরামঙানি পানবা ঃ মাইরেল, হৈবুং।
লৈনা ঃ চিলহৈদবা লৈতে।

১৬। তরাতরুক্নি পানবা ঃ ব্রাংগন, হৈমাং, তোর্বোৎ।
লৈনা ঃ উরিলৈ চাহে চিলহৈদে।

১৭। তরাতরেৎনি পানবা ঃ তেংনৌমানবী, লৈপুংখাংঙা।
লৈনা : অব্রালৈ চাহে চিলহৈদে।

১৮। তরানিপান্নি পানবা ঃ কোকন, কাংগৌ।
লৈনা : কবোক্লৈ চাহে চিলহৈদে।

১৯। তরামাপন্নি পানবা ঃ কোমপ্রেক, তাউথ্রা থাবী, মুলা।
লৈনা ঃ অব্রালৈ চাহে চিলহৈদে।

২০। কুন্নি পানবা ঃ য়েনখুমান, হৈখাগোক।
লৈনা ঃ লৈহাও চাহে চিলহৈদে।

২১। কুন্মাথোইনি পানবা : শমংতরৈ, নিম।
লৈনা ঃ খুমুক্লৈ চাহে চিলহৈদে।

২২। কুন্নিথোইনি পানবা ঃ হৱাইমঙ্গল অমসুং মতোন, হৈখা, কোনা।
লৈনা ঃ কুসুমলৈ চাহে চিলহৈদে।

২৩। কুনহুমদোইনি পানবা ঃ চেংক্রুক, পুংদোন য়ুবী
লৈনা ঃ নুমিৎলৈ চাহৈ চিলহৈদে।

২৪। কুন্মারিনি পানবা ঃ হৈরাংগোই, খোংদ্রুম।
লৈনা ঃ নুমিৎলৈ চাহৈ চিলহৈদে।

২৫। কুন্মাঙানি পানবা ঃ হৈতুপ, কোলম্নি
লৈনা ঃ চিলহৈদবা লৈতে।

২৬। কুস্তরুক্নি পানবা ঃ হৈনৌজোম, হৱাইউরি।
লৈনা ঃ নুমিৎলৈ চাহৈ চিলহৈদে।

২৭। কুস্তরেৎনি পানবা ঃ পাংখোম, পাংগোং, হৈনৌ।
লৈনা ঃ চিলহৈদবা লৈতে।

২৮। কুন্নিপান্নি পানবা ঃ হৈরি, খামেন।
লৈনা ঃ কুরাউ মপান চাহৈ চিলহৈদে।

২৯। কুন্মপন্নি পানবা ঃ হোংঙু, লফোই, শগোলহৱাই।
লৈনা ঃ লফুরিৎ চাহে চিলহৈদে।

৩০। কুনথ্রানি পানবা ঃ থাবী, মঙ্গ্রা য়েনবুম।
লৈনা ঃ পেক্রুকলৈ চাহৈ চিলহৈদে।

খংজিনগদবশিং ঃ-

মথক্তা নোংমা পানবদগীনা কুনথ্রানি পানবা ফাওবগী পীরিবা চাহৈ চিলহৈদবা মচাকশিং অসি চাশিল্লরবদি য়া পুন্সিদে, পুন্সি নুংশাংদে, অশোক-অপন নংই। মরম অদুনা মখোয়শিং অসি তাইবঙ মী ওইবশিং ঐখোয়না ঙাক্লা চৎকদবনি হায়বসি কাওফদে॥০॥

## পোৎ পিথোকহৈদবা নুমিৎশিং।

চায়োল অমদা নুমিৎ তরেৎনিনা শাই। হায়রিবা নুমিৎশিং অসিদা পীথোকপা য়াদবা পোৎশকশিংদি মখাদা পীরি ঃ-

| | চয়োলগী মমিং | | পীথোকহৈদবা পোৎ মমিং |
|---|---|---|---|
| ১। | নোংমাইজিং ঃ | - | ফৌ, মরু-মরাং। |
| ২। | নিংথৌকাবা ঃ | - | ফীরোল। |
| ৩। | লৈবাকপোকপা ঃ | - | তেৎনৌ, য়োৎ-থাং। |
| ৪। | য়ুমশকৈশা ঃ | - | মালেম লৈপাক। |
| ৫। | শগোলশেন ঃ | - | সনা-লুপা। |
| ৬। | ইরাই ঃ | - | কোরি, পিথ্রাই। |
| ৭। | থাংজ ঃ | - | অহিংবা শা, থরাই পানবখিবিক পীথোকহৈদে। |

খংজিনগদবশিং ঃ-

মথক্তা পীরিবা নুমিৎশিং অসিদা পীথোকহৈদবা পোৎশকশিং অসি পীথোক্লবদি মশা-মশাগী য়ুম অদু নোংমা নোংমগী ওইনা ময়েং তারকই। মীমান্নবশিংগা মীমান্নবা ঙমদে লাইর তাল্লকই। মসি খংনা তাইবঙ মীওইবা ঐখোয়না চেকশিন্না ঙাক শেন্দুনা চৎকদবনি॥০॥

## ঈজ্ঝোলদা পুখ্রি লৈবগী মরম।

তাইবঙ ওইবা ঐখোয়গী পুক্সিদা লৈতবা য়াদ্রবা পোৎলম অমা ওইরিবা অদুদি ঈজ্ঝোল অমা লৈরবদি পুখ্রি অমা শোইদনা লৈফম থোকপনি। মসিগী অফ-ফত্তা পুন্নমক মখাদা পীজরি ঃ-

১। ঈজ্ঝোলগী নোংপোক্তা পুখ্রি অদু লৈরবদি মচা পুক্সিদে।

২। ঈঙ্খোলগী মৈরমদা পুখ্রি অদু লৈরবদি অকিবা ফংই।

৩। ঈঙ্খোলগী মখাদা পুখ্রি অদু লৈরবদি য়েক্লবা মশিং য়ামই।

৪। ঈঙ্খোলগী শন্থোংদা পুখ্রি অদু লৈরবদি নুপী খৎনা-চৈনবা য়ামই।

৫। ঈঙ্খোলগী নোংচুক্তা পুখ্রি অদু লৈরবদি নুপী ফত্তে।

৬। ঈঙ্খোলগী কৌব্রুদা পুখ্রি অদু লৈরবদি শেন্থুম চংদে।

৭। ঈঙ্খোলগী অৱাংদা পুখ্রি অদু লৈরবদি লল থুম চংই।

৮। ঈঙ্খোলগী চীংখৈদা পুখ্রি অদু লৈরবদি মচা-মশুশিং চাওখৎলি।

খংজিনগদবশিং ঃ-

তাইবঙচা ওইবশিংনা মথক্কী অসি খঙনা মশা মশাগী ঈঙ্খোলদা পুখ্রি অসি থল্লবদি মাগী মাগী ইমুং মনুং অদু য়াম্না য়াইফবা অমদি খুঞ্জাও লৈচাওনা পানবা ঙম্মি কাওফদে।।০।।

## তপথো থবানগী ৱা হায়গে।

তপথো থাবান হায়বদি থবান অনি পুবা হায়বনি। হায়রিবা থাবান অসি চয়োল অমগী মনুংদা ওইবশিং অদুদি ঃ-

| | | |
|---|---|---|
| ১। | নোংমাইজিং নুমিৎনা থাবান | ৮/১২ নি পানবা। |
| ২। | নিংথৌকাবা নুমিৎনা থাবান | ৪/১১ নি পানবা |
| ৩। | লৈবাকপোকপা নুমিৎনা থাবান | ২/১০ নি পানবা |
| ৪। | য়ুমশকৈশ নুমিৎনা থাবান | ৩/৭ নি পানবা |
| ৫। | শগোলশেন নুমিৎনা থাবান | ৫/৬ নি পানবা |
| ৬। | ইরাই নুমিৎনা থাবান | ৫ নি পানবা |
| ৭। | থাংজ নুমিৎনা থাবান | ২/৮ নি পানবা |

হায়রিবা থাবানশিং অসি তাবা মতমদা লাইথৌ অমদি লুহোংবনচিংবা

অফবা অমত্তা তৌহেদে মরমদি নুমিৎ অসিদা থৌরমশিং অসি পাংলবদি অনা-অয়েকনচিংবা থোকনবদি ঙ্কনবা ঙমদে কাওগনু।।০।।

খংজিনগদবশিং ঃ-

অতোপ্পা অমনা শাজাও চাবা নুমিৎশিং হায়বদি ইরোই, ষণ, শগোল, শমু অমদি মী চাবা থাবানশিং হায়বদি ৬/৭/৮/৯/১০ নি পানবশিং অসিদি লাইথৌশিং ফৎতে, ঈ-খুদেং, লাই-খুদেং তাই অদুনা লাইথৌ পাঙবা ফৎতে। খুঙ্গংশিং অদু চাহোং ঙাহোংদে, মীশি-মীনা য়াম্না থোককল্লি, খুঞ্জাও-লৈচাওদে হায়বসি ঐখোয়না কাওফদে।

## তখেল/ঙাইরৌ/খুনুংনে লৈবাক অহুমগী চৎনা পথাপ

হৌজিক্তি লৈবাক অহুম হায়বদি তখেল, ঙাইরৌ অমদি খুনুংগী ওইবা মাকমৈ (চৎনা পথাপ) অদু মখাদা পীরি। লাই থৌনিবগী ব্রা হায়গে।

১। থাহন নোংমদি লাইনা লাই চাইয়ে। মাকমৈয়দি শেংএ।

২। নিনি পানবনা য়েন চাইয়ে। মাকমৈয়দি শেংএ।

৩। হুমনি পানবনা ঙানু চাইয়ে। মাকমৈয়দি শেংএ।

৪। মরিনি পানবনা হুই চাইয়ে। মাকমৈয়দি শেংএ।

৫। মঙানি পানবনা ওক চাইয়ে। মাকমৈয়দি শেংএ। সনা য়ুমবীদি হাপহৈদেয়ে।

৬। তরুক্নি পানবনা ষণ চাইয়ে। ঈ খুদেং লৈএ। ঈদি ঈচমনে।

৭। তরেৎনি পানবনা ইরোই চাইয়ে। মাকমৈয়দি ঈ খুদেং লৈএ। মীসু অহুম সিএ।

৮। নিপান্নি পানবনা শগোল চাইয়ে। মাকমৈয়দি ঈশেংএ সনা য়ুম্বীদি হাপহৈদেয়ে।

৯। মাপন্নি পানবনা শমু চাইয়ে। মাকমৈয়দি ঈ খদেং লৈএ। ঈদি ঈচমনে।

১০। তরানি পানবনা মী চাইয়ে। মাকমৈয়দি শেংএ। সনা য়ুম্বীদি হাপহৈদেয়ে।

১১। তরামথোইনি পানবনা লাইনা লাই চাইয়ে। মাকমৈয়দি শেংএ।

১২। তরানিথোইনি পানবনা য়েন চাইয়ে। মাকমৈয়দি ঈ খুদেং লৈএ। ঈদি ঈচমনে।

১৩। তরাহুমদোইনি পানবনা ঙানু চাইয়ে। মাকমৈয়দি ঈ খুদেং লৈএ। ঈদি ঈচমনে। মীসু অহুম চাইএ।

১৪। তরামরিনি পানবনা হুই চাইয়ে। মীসু মরি চাইএ।

১৫। তরামঙানি পানবনা ওক চাইয়ে। ঈ খুদেং লৈএ ঈদি ঈচমনে।

১৬। তরাতরুক্নি পানবনা ষণ চাইয়ে। মাকমৈয়দি শেংএ।

১৭। তরাতরেৎনি পানবনা ঈরোই চাইয়ে। মাকমৈয়দি শেংএ।

১৮। তরানিপান্নি পানবনা শগোল চাইয়ে। ঈ খুদেং লৈএ। মীসু মরি চাইএ।

১৯। তরামাপন্নি পানবনা শমু চাইয়ে। মাকমৈয়দি শেংএ।

২০। কুন্নি পানবনা মী চাইয়ে। মাকমৈয়দি শেংএ। সনা য়ুম্বীদি হাপহৈদেয়ে।

২১। কুন্মাথোইনি পানবনা লাইনা লাই চাইয়ে। মাকমৈয়দি শেংএ।

২২। কুন্নিথোইনি পানবনা য়েন চাইয়ে। মাকমৈয়দি শেংএ। সনা য়ুম্বীদি হাপহৈদেয়ে।

২৩। কুনহুমদোইনি পানবনা ঙানু চাইয়ে। মাকমৈয়দি ঈ খুদেং লৈএ। ঈদি ঈচমনে।

২৪। কুন্মরিনি পানবনা হুই চাইয়ে। মাকমৈয়দি ঈ খুদেং লৈএ। ঈদি ঈচমনে।

২৫। কুন্মাঙানি পানবনা ওক চাইয়ে। মাকমৈয়দি শেংএ।

২৬। কুন্তারুক্নি পানবনা ষণ চাইয়ে। মাকমৈয়দি শেংএ।

২৭। কুন্তরেৎনি পানবনা ঈরোই চাইয়ে। মাকমৈয়দি ঈ খুদেং লৈএ। ঈদি ঈচমনে।

২৮। কুন্নিপান্নি পানবনা শগোল চাইয়ে। মাকমৈয়দি শেংএ।

২৯। কুন্মপন্নি পানবনা শমু চাইয়ে। মাকমৈয়দি শেংএ।

৩০। কুন্থ্রানি পানবনা মী চাইয়ে। মাকমৈয়দি শেংএ।

হৌজিক্তি থৌৰানমিচাক অচং অথোক ৱা হায়গে।

অচংবদি ৬/ ১১/ ১২/ ১৫/ ১৬/ ১৭/ ২০/ ২১/ ২২/ ২৫/ ২৬/ ২৭ ॥০॥

অচং অথোক য়াননবদি ১/৪/৭/৯/১০/১৩/১২ ॥০॥

অথোকপদি ২/৩/৮/১৪/১৯/২৪ ॥০॥

মমিৎ তাংবা থৌৰান মিচাক ৪/৮/১২/১৬/২০/২৩/২৭ ॥০॥

মমিৎ নাম্মা তাংবা ২/৬/১০/১৪/১৮/২২/২৫ ॥০॥

মিৎচেৎ নাবা ১/৫/৯/১৩/১৪/১৭/২১ ॥০॥

মমিৎ তাংদবা ৩/৭/১১/১৫/১৯/২৬॥০॥

থৌৰান মিচাক অচংবদা পোৎ-চৈ লৌশিনবা ফৈ।॥০॥

অথোকপদা পোৎ-চৈ পিথোকপা ফৎতে।॥০॥

অচং অথোকপদা পোৎ-চৈ পিথোক পিশিন তৌবা ফৈ।॥০॥

থৌৰানমিচাক মমিৎ তাংবদা পোৎ মাংখ্ৰবদি পোৎ অদু নক্লা লৈ থুনা ফংই।॥০॥

মীচেৎ নাবদা পোৎ মাংখ্ৰগনা পোৎ অদু তম্বা ৱাই, থিন্না ফংই।॥০॥

মমিৎ তাংবদা পোৎ মাংখ্ৰবদি ফংঙরোইএ।॥০॥

থৌৰানমিচাক ১/৫/৭/৮/১৩/১৫/১৭/২২/২৭ অসিদি লাইনি।॥০॥

থৌৰানমিচাক ৩/৯/১০/১৪/১৬/১৮/১৯/২৩/২৪ অসিদি হিংচাবা হিংচাবীনি খংও।॥০॥

ঈ খুদেং লৈবা থাবান ৪/৬/৭/৮/৯/১০/১৩/১৪/১৫/১৬/১৭/১৮/১৯/২০ নি ঈ খুদেং লৈ। থাবানশিংশিদা লাইগী ওইবা থৌরম খিবিক তৌবা ফত্তে।

খংজিনগদবশিং ঃ-

লাইথৌ পাংদে হায়রগা লাইথৌ হেক্তা পাংলবদি খুন্তাক লানশি, চাহোং ঙাহোংদে। লৈকাই খুন্থক-খুনখ মনিল নাই হায়বসি কাওফদে।

# সলাই তরেৎকী মপোক থা অমদি হৈ-লৈশিং

ঐখোয় তাইবঙচাশিং অসি মাগী মাগী ওইবা কাংলুপ খাই। মসিবু লিশাংশিংনা মৈনা ব্রাই তাং-না শমদুনা 'মৈডিংঙু নোংদা লাইনে পাখঙব'দগী হৌদুনা লাকই। অসুম্না অসুম লাকপসিবু সলাই খাইবা কৌই। মৈতৈসু অসুম্না সলাই ৭ থোক্লা খাইদোকই। মখোয়শিং অদুদি মখাদা পীরি ঃ-

১। মঙাং

২। লুৱাং

৩। খুমন

৪। অঙোম

৫। মোইরাং

৬। খা-ঙানবা

৭। সলাং লৈশাংথেম

মখোয়শিং অসিগী মচাকশিং মখাদা পীরি ঃ-

১। মঙাং সলাই ঃ- ইঙা থাগী থানিল (১৫) পানবা শগোলশেন নুমিৎ।

ঈশিং - নুংজেংদগী শোকই

লা - থম্না খেঞোং

লৈ - থম্বাল অঙাংবা চাম্মা নিপান

হৈ - থমচেৎ

শিং - শয়ি।

২। লুৱাং সলাই ঃ- ৱাকচিং থাগী ১২ নি পানবা ইরাই নুমিৎ।

ঈশিং - লম্ফেলদগী শোকই

লা - লায়াই

লৈ - মেলৈ

হৈ - কিহোম

শিং - হৈক্রু

৩। খুমন সলাই ঃ- শজিবু থাগী থানিল (১৫) পানবা লৈবাকপোকপা নুমিৎনি।

ঈশিং - পুমলেন পাৎতগী শোকই

লা - চংবী/কাক্লা

লৈ - লৈশং

হৈ - হৈবোং

শিং - চাওখোং।

৪। অঙোম সলাই ঃ- ইঙেন থাগী ১২ পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎ।

ঈশিং - কোংবা মৈরোম্বীদগী শোকই

লা - লায়াই

লৈ - থরো অঙৌবা

হৈ - হৈবোং

শিং - উপন।

৫। মোইরাং সলাই ঃ- লমতা থাগী ১২ নি পানবা থাংজ নুমিৎ।

ঈশিং - লোক্তাকতগী শোকই

লা - খাঙ্গ্রা

লৈ - য়েরুমলৈ

হৈ - কাংগ্রৌ

শিং - কুহি।

৬। খা-ঙানবা সলাই ঃ- কালেন থাগী থানিল (১৫) পানবা নোংমাইজিং নুমিৎ।

ঈশিং - লৈতাংদগী শোকই

লা - লৈহৌলা

লৈ - লৈশং

হৈ - হৈবা

শিং - চীংয়েনশিন।

৭। সরাং লৈশাংথেম সলাই ঃ- ফাইরেন থাগী ২৬ পানবা য়ুমশকৈশ নুমিৎ।

ঈশিং - তাকয়েন্দগী শোকই

লা - চংবী লায়াই থম্না ইতাবা

লৈ - লৈশং

হৈ - হৈ মনম নাইবা

শিং - নোংলৈশং।

মথক্কী পোৎলমশিং অসি মশা-মশাগী অপোকপগী লাইথৌদা চংবা পোৎলমশিংনি হায়বসি তাইবঙচাশিংনা কাওদনা' চৎপা যাম্না ফৈ।

## ফক্তা ষণ/হুইনা কাবগী ফৌকৌলোন।

ঐখোয় তাহ্‌বঙচাশিংনা খংজিনবীগদবা, লৌবুক্তা ফৌ য়ৈরিঙৈদা ফক মথক্তা ষণ/হুইনা কাখৎতুনা চৎখ্রবদি ফৌকৌবা হায়বা অমা হেক হেক অহল-লমনশিংনা তৌনৈ। মসিগী মরমশিং হৌজিক্কী লাইশোন হায়গে ঃ-

মনুংয়াবীরোক্না নোংদ্রেন লাইরেন পাখঙবনা হোংইগিদি হোংনা ঙমদে।

চাওইগিদি চাওনাঙমদে।

মহুইরোন লাইস্নানা হোংইগিদি হোংনাঙমদে।

চাওইগিদি চাওনাঙমদে।

মহুইরোন ইমোইনু অহোংবীনা হোংইগিদি হোংনাঙমদে।

চাওইগিদি চাওনাঙমদে।

মাহুইরোই হাংনুখুনা হোংইগিদি হোংনাঙমদে।

চাওইগিদি চাওনাঙমদে।

মহুইরোই হাওনুহন্না হোংইগিদি হোংনাঙমদে।

চাওইগিদি চাওনাঙমদে।

মহুইরেই লাইতোংখুনা হোংইগিদি হোংনাঙমদে।

চাওইগিদি চাওনাঙমদে।

মহুইরোই লাইতোংহন্না হোংইগিদি হোংনাঙমদে।

চাওইগিদি চাওনাঙমদে।

পুংনম খুনৱাইরংবা মাইবা খুন অতেংবা অয়াংখুললেন খুনথকপু চাওনসে হায়বগীদমকপু নসু হেবংথৌ হেবেম্মশিংনা ঙসি কোরৌ নুমিৎ য়াইফাবা অসিদা ইবেন লোইমোম ফৌওইবী নংবু ফৌকৌজরিয়ে। তরা চানিংখকনা চাকশৌবীয়ু। ৱাংলৈ য়ুনিংখাক্লা য়ুশৌবীয়ু। ইবেম্মা নংনা ফকলোং চরাইথক্তা, তুরেল লৈঙোই হাবগুম হাজিনবীরমও ইবেম্মা।।০।।

অসুম্না হায়জরগা ইমা ইবেম্মা ফৌওইবীবু খুরুমজগনি হায়না পুয়াগী লাতম্না ময়েক শেংনা হায়রি।

## খংজিনবদা কান্নাবশিং ঃ-

### লাই হরাউবগী হোই লাউবা করিনো ঃ

ঐখোয় তাইবঙচাশিংনা লাই হরাউবগী হোই লাউবা অসি অসুম্না খংনৈ। মদুদি অশিবনা মালেম শেম্বা লোইরগা তাইবঙপান অসিদা থৱাই পানবা শেম্বাগী মরমদা নুংবঙননা লৈরিঙৈদা তাইবঙ শেম্বা মপুনা ময়া কথোক্কুনা পীপুক্কুংদা তাইবঙপানবদা পানগদবা থৱাই পানবা পুন্নমক উৎপীবা অদু উবদা অশিবনা নুংঙাইবগা লোয়ননা লাউদুনা হৌদোক্লকপা অদুবু 'লাই হোই লাউবা' কৌই।

### শরোই খাঙবা হৌদোক্লম্বা ঃ-

ঐখোয় তাইবঙচাশিংনা ঙসি ঙসিমক থেংনরিবা ৱাহে অদুদি শারোই খাঙবা হায়বসিনি। মসিগী থৌরমলোন অসি অয়াম্বনা লমতা থাংজা অহানবা, লমতা থাংজা অরোইবা, শজিবু থাগী অহানবা, য়ুমদা লৎনরিবা লাইথৌশিং অমদি খুঙ্গংগী কোনবীরীবা পালেম পনথৌবু হরাও শকশোন তম্বদা য়াম্না তোইনা শিজিন্নে। হায়রিবা থৌরমলোন অসিবু কনাগী হাক্তক্তগী হৌদোকলম্বনো হায়রবদি কোরৌ নোংদোল অৱাংবা নোংথৌ সোরালেনগী লাংওন ওইবী কংলৈলেনগী মশাবী 'শৱাং সনা মহিরেল' হাক্তক্তা হিগোক কুমলং লেন্না হয়িচক্কী মতমদা হোদোকলম্বনে।(লাংদাই পুয়া লমাই ১৩৭)।।০।।

## হরাউবা হৌদোকখিবা ঃ-

ঐখোয় তাইবঙচানা ইবুধৌ অমদি ইবেন্ধৌ অনিগী হরাউবা হৌদোকখিবসি হয়িচক্কী চহি ২৫ সুবদা য়াইবীরেল শিদবনা হরাউবা হৌখি। মসিগী মথংদা পাখঙবগী মচা 'পোংখ্রংবনা' হৌখি। মসিগীসিগী মতুংদনা শারোই খাংবা হৌদোকখি। (লংদাই পুয়া ১০৮) ॥০॥

## লাইরোলগী ওইবা লাইগী ফম্লোনশিং ঃ-

| | | |
|---|---|---|
| ১। | লাই শেল্লুংবা | - লাইগী থৌরম পুম্নমক শিনগনি/পুগনি। |
| ২। | চৌবোন | - লাইগী মরম য়েংশিনগনি। |
| ৩। | শিঙলে' | - শিঙগী মরম য়েংশিনগনি। |
| ৪। | লারোই | - লাগী মরম য়েংশিনগনি। |
| ৫। | শাঙ্কোইবা | - ব্রালোফমগী মরম য়েংশিনগনি। |
| ৬। | অহল্লুপ পানা | - নুপাগী খৎনা-চৈনবা থোক্তনবা য়েংশিনগনি। |
| ৭। | নহারুপ | - নুপীগী খৎনা-চৈনবা থোক্তনবা য়েংশিনগনি। |
| ৮। | পাখঙ লাকপা | - নুপা থৌগল্লোইশিং য়েংশিনগনি। |
| ৯। | নিঙোল লাকপা | - নুপী থৌগল্লোইশিং য়েংশিনগনি। |

মথক্তা পীরিবা ফমলোনশিং অসি খুঙ্গং খুঙ্গংগী লৈরিবা লাই হরাউফমশিংদা মশিং অসি সুনা হাপ্পুনা সনা কোনুংদগী অয়াবা লৌগদবনি।

## লাইগী থৌরমশিং পাঙউবগী ওইবা শক্তম খরা।



. কোইরেঙ্গৈ ঈবুধৌ পাখঙবা লাই ঈকৌবা।



২. সলামগী লাইনিংথৌ সোরারেন হরাউবা



৩. মতাই অশৈনিংথৌ হরাউবা

ওয়দগী য়েৎ ১। অশৈ নিংথৌ, ২। অয়েনু, ৩। নোংপোক নিংথৌ, ৪। পান্থোইবী



৪. চীংমৈরোং লম্বোইচীংদা লৈবা শুরুংগী শক্তম।



৫. চীংমৈরোংগী লম্বোই চীংগী নোংপোক নিংথৌ লাই হরাউবা।

ওয়দগী য়েৎতা ১। নোংপোক নিংথৌ, ২। পান্থোইবী, ৩। নোংপোক নহা পাখংবা, ৪। হঙোইপোনদে নুরাবী, ৫। থোঙাক লাইরেম্বী।



২০১১ কী কংলা মেন তোংবা 'মৈডিংঙু লৈশেম্বা সনাজাওবা'



২০১১ কী ক্লাক তানবগী শক্তম।



ওয়দগী য়েৎলোমদা ঃ- ১. লুৱাংপোকপা ২. লৱংপোকপী
৩. সঞ্জেনঙম্বা অমসুং ৪. সনশেনঙম্বী



কংলৈ লাই হরাওবগী হোই লাওবগী শক্তম

# লাই হরাওবগী মচংওইবা চৎনকাঙলোন খরা।

উমংলাই হরাওবা য়াম্না মরুওইবা অরুবা লাইথৌনি। নিংথিনা পরম চুম্না কাংলোন শুনা, থম্মোই শেংনা, খোয়জংনা হরাওরগদি খুঞ্জও লৈচাওই, লৈপাক নিংথৌ পুন্সিয়ে, লৈপাক মরা তপকনিয়ে নত্রগদি মীশি মীনা, খুন্তাক লৈতাকপা থোক্কনিয়ে। হরাওরিবা অমাইবা অমাইবী পেনা লাইশেল্লুংবা অমদি লাইবী অতৈ ফম্নাইবশিং লোয়ননা খুঞ্জাশিংনা ঙাকমিন্নগদবা কাংলোনশিং খরদি মখাগী অসুম্না থমজরি।

*(খুঞ্জশিংনা ঙাক্কদবা কাংলোনশিংদি লাই শেল্লুং ., নত্রগা অমাইবনা নত্রগা অমাইবীনা মরক মরক্তা লাওথোকপিদুনা তিনলিবা খুঞ্জশিংদা খঙহনবীগদবনি।)*

## ১। লাই হর  গী পাউ (লাই  বার্তন) ঃ-

লাইশেল্লুংবনা লৈপাকনিংথৌদগী হরাওবগী য়াথং লৌগনি। ক্না ৩ মনা ৩ নত্রগা লৈ অহুম থাদুনা হঙ্গৎকনি। নিংথৌগী য়াথং ফংবগা সনা কোনুং লোইশঙনা অয়াচে পীগনি, অমাইবা অমাইবী পেনাশিং থাগনি। লাই শেল্লুংবনা য়ামদ্রবদা হরাওবা নোংমা রাৎলিঙৈদা লাইদা পাও (লাই বার্তন) পীগনি।

## ২। লাই শেল্লুংবা ঃ -

লাই শেল্লুংবা হায়বা অসি লৈপাক নিংথৌনা মশক খংবা হায়বদি (স্না) কোনুংনা শকখংলবা য়েক শলাই চুম্বা মীওই ওইগদবনি। শেল্লুংবনা লাইফমদুগী ফমকোকনি, লাইগী ঙমথংনি। লাইথৌ খুদিং শেল্লুংবগা তানরগা তৌমিন্নগদবনি। লাই হরাওরিঙৈ মনুংদা লাইশেল্লুংবা চাকমাং ফিমাং, চাকতিন ফমতিন্নবা য়াদে, মশানা থোংবা নত্রগা অঙাং পাখং অত্রগা লৈশাবীনা থোংদুনা তোঙান্না সেংনা চাগদবনি মসি কায়রবদি নামুংঙি অনম অহা চুই, তৌহৈদে। অমাইবী অমাইবা পেন্না থোংবনা চিংবসু শেল্লুংবনা য়াদবা থবক অমত্তা তৌফদে। লাইচৎ চুমনা লৈহুন তমনবা শেল্লুংবনা শেন্নগনি।

### ৩। ফম্নাইবা ওইগদবা মীওই ঃ-

লাইগী ফম্নাইবশিংদি য়েকমুংনবা মচা নত্রগা য়েক লৌবা, শাগৈ শলাই অরেপ্পা লৈতবা অমত্তা লাইগী ফম্নাইবা ওইবা য়াদে। তুমন লৌবা, নাম্মা তাবা, লমচৎ কাম্বা মীওইনসু লাইগী ফম্নাইবা ওইবা য়াদে। মরমদি ফম্নাইবা শিংশিদি লাইথক কাদুনা থৌগন তৌবা মীওইনি। লাই হৰাওরিঙৈ মনুংদা ফম্নাইবশিংনা চাকমাং ফিমাং চাহেদে, ফমতিন্নবা য়াদে।

### ৪। মাইবা মাইবী পেনানা ঙাক্কদবা ঃ-

অমাইবা অমাইবী পেনা খোংবনচিংবা অসি লমচৎ শাজৎ চাকচা য়াহিপ কাম্বা য়াদে। লাইরোলগী পরম ঙাক্লা লাইথৌ পাঙথোক্কদৌবনি। লাই শেল্লুংবা অমদি ফম্নাইবশিংনা কুপনা শেন্নগদবনি। লাই হৰাওরিঙৈদা লমচৎ কাইরবদি খুন নামুংই, খুনতাক লৈতাকপা থোকএ তৌহেদে। খঙনা-চানবা মরুপ মপাং মরী মতাগী য়ুমদা চাকচা হৈজাবা য়াদে /নামুংই /লাই লোইরগা মঙানি লৈহুন মতুংদদি য়ারে। থকশি-খাশি থৌগল্লোন ঙাক্লা চৎকদবনি, মিৎয়েং কারন চনফদে।

### ৫। লাই ঈকৌবা ঃ-

নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা ঈকৌবা লোইগদবনি। মমদ্রিঙৈদা লাইনুং চঙহৌগদবনি। মসি কাইরবদি, খুন্দা মীশি মীনা থোক্কনি মমহেদে।

### ৬। ঈকৌবা চৎপদা লাই -পুবা-পুবীশিংগী তৌগদবা মওংদি ঃ-

লাই শেল্লুংবগী তালোই লাই শেল্লুংবীনা ঈকৌবগী ঈশাইফু পুগদবনি। অদুবু ঙমদ-খোত্তবা অমদি শোকপা পনবা য়াদবা মতাং থোক্লগদি মচা মশু তেকত-কায়দবী য়েক মুংনদবী লুহোং খোংদোংলকপী নাম্মা তাদবী খুঞ্জাদুগী লৈমা অমনা পুহনগনি। মরম অমনা লাই হৰাওবদি হৌগদৌরে অমদি হৰাওরিঙৈদা, লাই শেল্লুংবদু য়ুম্মাং কৈমাংবা থোক্লবদি খুঞ্জানা খঙবা নাম্মা তাদবা, য়েক নামুংদবা তুরৌ চারৌ চুম্বা মীওই অমনা লাইথৌ পুহনগনি। মসি হৰাওরিবা মতম মনুং অদুদগীনি, য়ুমশেংলগা হান্নগী কাইদনা অদুম শেল্লুংবনা পুগনি।

## ৭। ঈকৌবা নুমিৎ অমসুং হরাওরিঙৈদা ঃ-

লাই পুগদবা-পুগদবী মীওইশিং অদু য়েক মচা অমদি য়েক নামুংবনচিংবা অমত্তা য়াওবা য়াদে। লাইপুবা, চোং, পে পুবা নুপাদি ময়ুম পানবা নুপা ওইরবসু পাখং ওইরবসু য়েক নামুংনদবা মচা ওইরবদি হেক্তা পুবা য়াই। নুপিদি খুদৈ শেন, কাওশেন, হুমাই অমদি শেনখা পুবীনচিংবদি য়েক নামুংনদবী মচা লৈশাবী ঙাক্তা ওইগনি মৌনা পুহৈদে। সুমবনগা ফিদাগা পুবীদি মৌনা পুগনি মৌ অনি অদু, য়েক নামুংনদবা লুহোং খোংদোংলকপা, মচা মসু তেক্তা কাইদবা নাম্মা হাংদবা হায়বদি মপুরোইবা লৈরীবী নুপী ওইগদবনি।

## ৮। হকচাং শাগৎপা ঃ-

অমাইবীনা হকচাং শাগৎলিঙৈদা ধোন বেল য়ৈবা খোংবা য়াদে লাংফদে, পেনাতগা শামিন্নগদবনি। মসি য়ুমশাদুনা লাইদা য়ুমকৎপা মতম ফাওবনি। মতাং অসি ফাওবা অসি পেনানা অনোইরোন শক্কদবনি। মতম অসিদা পেনা অমদি মাইবী লাইবুং ব্রাংমা লানদুনা মচোই মচোই চৎফরোই। লাইবৌ য়াওবা মীওই পুম্নমক হকচাং শাবা লোইদ্রিঙৈদা খোরকফরোই, লৌশিং মপুং ফাদ্রিবা অঙাংনুবী য়াওহনলোইদবনি, য়াওবা তারবদি অমাইবী অমাইবনা অমদি অহন লমনশিংনা শেন্নবীগনি অমদি তাকপিগদবনি। ফমশং ফম্বা মীওইশিংসু হকচাং শাবা লোদ্রিবা ফাওবা ফম্ফমদগী লেংথোকফরোইয়ে। ঙন্না হন্নিংবা মরম লৈরবদি হকচাং শাবা হৌদ্রিঙৈদা চৎপিগদবা ওইয়ে।

## ৯। ঔগ্রি হঙ্গেন চোংবদা য়াওগদবা মীওইশিং ঃ-

মীরোনবী নুপী অমদি মাগী মপুরোইবা অদু ঔগ্রি হঙ্গেন চোংবা থৌরম পাইবা, য়াওবা য়াদে। য়েক মচা, য়েক লৌবা, য়েক্তা ওংবা মীওই য়াওবা য়াদে। নাহান ঈকৌবদা লাই পুখিবা মীওইশিং অদুনা হিয়ানলোনগী মতমদা অমুক লাই হাপ্পুনা ঈকৌবদা তৌখিবগুম্না তৌগদবনি। অদুগা লোইননা ঔগ্রি চোংবা য়াওগদবা মীওই পুম্বা চাক্মাং ফিমাং তৌবা হায়বদি ফমদিন্নবা মীনা য়াওফদে য়াওরুবদি হোরেন ঔগ্রি অমসুং হিজিং হরাওবদা পঙথরকপা থোক্কল্লি, মীসি মীনা নংগল্লি, তৌহৈদে। মরম অদুননি অমাইবনা হয়েং লাইরোইনি হায়বা নুমিৎতুগী লাইবুংদগী মী কায়দ্রিঙৈদা হয়েং লাইরোইনি ঙসি অহিং অসিমদি চাক্মাং ফিমাংনবিগনু হায়না লাওথোকনরিবসি।

হায়হৌদ্রবদি অমাইবা অদু লানগনি, কাওফদে মওং অমনা ঔগ্রি অসি থৌরি পাইবা মীওইশিংদু পাবোৎ ওইগদবনি নুপা (১০) নুপী (১০), ৮-৮, ৬-৬, ১২-১২ অসুম্না পাবোৎ ওইগদবনি মরমদি হোরেন শরি লিংপা হনবদা নুপাগা নুপাগা, নুপীগা নুপীগা অনি অনি শান্নবা মতমদা পাবোৎ কায়রবদি নাম্মা হাংলগনি তৌহৈদে। থৌরী পাইবদসু লাই শেল্লুংবা শেল্লুংবী (শেল্লুংবনা য়ুম্মাং কৈমাং থোক্লগনা খুঞ্জাগী য়েক নামুংদবা তেক্তা কাইদবা, লুহোং খোংদোংলকপা চাদা নাওদবা নুপা নুপী) অনিদু থৌরি মচিনদা শরিক্কা কোন্ননা পুনগনি, অনি অদু মতৈ মনাও ওইগদবনি। অতোপ অতোপ্পা ওইরবদি অকাইবা লাক্কনি তৌহৈদে। মী পুম্নমক নুপানা লাইয়িংথৌরোমদা নুপীনা লাইরেম্বীরোমদা লৈগদবনি।

## ১০। হরাও- কুমশৈ ঃ-

লাই কংলৈ নুমিৎতগীনা লাইরোই নুমিৎ ফাওবসিদদি য়ারিবমখৈ অতোপ্পা থাং-তা, জগোই-ঈশৈ অমত্তা পুশিন্দনা লাইগীতা ওইনা চত্থবনা ফগনি। লাইরোই নুমিৎতদি লহান মখৈ শান্নবদা চিত্থবা অমসুং অরানবা য়াওখিবা কয়াবু ফুক্কৎতুনা মাইবা মাইবীগী থৌরম অহুম অহুম্লক হন্না শান্নগদবনি। হরাও কুমহৈগীদমক খুঞ্জানা মাইবীদা লাই শমজিনলু- অতোপ্পা কুম্মৈ য়াম্মি হায়না কৈদৌঙৈদা তশিনবীরোইদবনি। করিগুম্বা অয়াবা অহাংবা মতমা লাইমাংদা জগোই-ঈশৈ, থাং-তা শান্নবা তারবসু ঐ হৈ হায়দুনা নামমতা থোকহৈদেয়ে। অনি পাবোৎ থোকমিন্নরগা লাই খুরুম্মিন্নরগা হৈতরবসু অদুম ফমদুনা লৈরগা হোরেন লোইবদা লাই খুরুম্মিন্নদুনা হঞ্জিনমিন্নগনি। থৌদোক কুম্মৈ খুদিং লায়িংথৌ লাইরেম্মীগী পানা নাম্মা তাফদে অদুম্না লাই হরাওবগী পুয়ানা হায়রি।

## ১১। হরাওবগী পুংফম ঃ-

নোংমগী লাই শান্নবা হৌবা অসি, নুমিৎনা লম অনি অহুমলোম হায়বদি নুমিৎতাগদবা থৌরি লিশাং অনি অহুমলোম ব্রাৎলিঙৈদা লাই হোই লাওদুনা লাইবৌ হৌগদবনি। হৌজিক্কী নুংদাং হোই লাওদুনা পুং নিপান্দা পাময়ান্দুনা পানথোইবী জগোই ঈশৈ শক্তুনা লাই হরাওবা অসিদি অসিদগী হেন্না লাইরমলেন্দা অকাইবা অমা অমুক লৈতে হায়রি পুয়ানা।

## ১২। লাইরোই পুংফম ঃ-

য়ারিবা মখৈ ঙন্না হৌরগা নোংয়াই য়ৌদ্রিঙৈদা লাই লোইনবা হোৎনগদবনি। নুমিৎ খুদিংগীসু নুমিৎ তাবা মতুং থেংলবদা য়াচংবা মতমদা লাই লোইশিনগদবনি। মমাংঙৈ - ইপু, ইপানা লাই হরাওবা লোইবগা য়ুমদা হনলকপদা খরা থেংলবসু ষনফা শনওক নংলম্মি। থেংলবদি লাইদসু মীদসু অকাইবা ঙাক্তা ওইগনিয়ে।

## ১৩। ফুঙ্গারোল ঃ-

লাইরোই নুমিৎতা ফুঙ্গারোল জগোই হায়বা অমা শারিবসি খুঞ্জাও লৈচাওনবনি। মসি লাইগী ঙমথং লাই শেল্লুংবা শেল্লুংবী অনিনা শাগদবনি। শাগেগী ওইরগনা পীবা মতৈ মনাওনা শাগদবনি। শেল্লুংবনা য়ুম্মাং কৈমাং য়াওরগদি খুঞ্জাগী অহল য়েক নমুংদবা নামা তাদবা, চাদা নাওদবা অমনা মাগী তালোইগা লোয়ননা শাগদবনি।

## ১৪। হৈকৎ লৈকৎ ঃ-

লাইদা হৈ-লৈ কৎপসি লৈদা কুন্দো কৎফদে মরমদি কুন্দো অসি ইমা লৈমরেন সিদবীগী শাইয়োন্নি মচাদা মমা চিন্নলৈ ওইনা কৎফদে। লৈ অঙাংবা কৎহৈদে, ঈচিংই তৌহৈদে খুন্দা ঈমু নাইমু তানবা থোকল্লি। শিন্দুরনা চিংবা কৎহৈদে নমহৈদে ঈচিংই। নমশা লাইদা কৎলগা লাই খুরুম্বা লাকপা মীবু নম্বীগনি মালেম ঈমাবু থৌগঞ্জবনি মরম অমনা পুরৈরোম্বা থাংজিং লেংরাকপা খোরিফাবা কোরৌহনবনচিংবদা মৈচংবা পোৎ কৎফদে তাইবং মপু মহিরেন চিংবা লাইনি।

## ১৫। উশিল ঃ-

তঙাইফদবা অরাক অখঙগী নত্তনা য়ারিবমখৈ লাইমাং ফমলিঙৈদা খুলগী উশিল পাঙবীরোইদবনি।

## ১৬। চেকশিনগদবা ঃ-

(ক) য়েক লৌন লৈনবা অমসুং মখোই অদুগী মচা মশুশিংদি লাইথক হায়বদি লাইগী শংলেন মাংগোল কাফদে, হৈ-লৈ কৎফদে, নামুংঙি পৈশা

কৎলবসু মীগী খুৎথাংদা তাইরেন পুংফাইনা হায়দোক্লগা কৎপিগনি। মসি শাওফম লৈতে, মীঙোন্দা হংফম থোক্তে। ঐনা তৌবনা ঐনা ফংবনি। তাইবং ওইবনা পুক্লিং ঈথক্লা হেনখিদুনা লাইরমলেনগী ব্রাখল খনথহৌদবননি। মপোক অমদা অসিগুম্বা মপোক ওইহনবিগনু চিংঙু থৌগন ফংহনবীয়ু হায়না থৌনিবীগদবা ওইয়ে।

(খ) লৈমা নিংথৌ মচাশিংদি লাইপুবা অমদি লাইথক হায়বদি লাইগী শংলেন মাংগোনলাংদা ফমবৈ ফম্বা য়াওফদে। মখোই অসিদি লাইগা ফমবৈ মুন্নবা অমদি চাওবা তান্নবগুম অমা থোকই। মী অদুনা মীগা লাইগা থেংশিংননরবদি লাইনা ঙমই। মরম অদুনা মশা তেংবানবা থোক্কনি হায়বনি। মখোয় অসিদি খাংপোক ফমবৈদা ফমদুনা হায়বদি ফম্ফম মশক নাইনা ফমদুনা কুম্মৈ য়েংগদবা মীওইনি হায়না লাই হরাওরোন পুয়াদা ইদুনা থম্বীরম্মী। বামনসু য়াদে অদুবু লাইদা কৎপা, হরাও জগোই য়াওবগী অথিংবদি লৈতে।

## ১৭। খুল অমদা লাই অনি হরাওবা য়াদেঃ-

খুল অমদা খুল কোল্লিবা লাই নত্তনা অতোপ্পা লাই অমত্তা হরাওহৈদে। লায়েৎনবা লময়েৎনবা থোকই। ব্রাথোক লাম্থোক মীশি মীনা য়াম্না থোক্কনি, অমগা অমগা নুংশিনদবা অমগা অমগা চাংয়েংনবগুম্না লৈগনিয়ে। তৌহৈদে।

লন্নাই ওইনা লাৎচবা লাই অমদি অতোপ্পা লাইদি খুন্দাংবা শাইদাংবা লাইনি লৌগনি। হোই লাওদুনা লাইবৌলা থাদুনা লাইচিং জগোই শাদুনা হকচাং শাবা লাইবৌ খুৎথেক ৩৬৯ শুনা শাদুনা লাইরেন মথেক চৎতুনা তাংখুল থোক্তুনা ঔগ্রিনচিংবা লৌখৎতুনা হরাওবদি য়াদে। পুম্নমক অসিবু থওইদদুনা লাইবৌলা থাদুনা মচন/ পরম শুনা হরাওরবদি মতম খরদি নুংঙাইরম্বদি য়াই অদুবু কাইনথংদদি ইমুং তুরৈ ইরৈ চেল্লক্কনি, অৱা অনা তারক্কনি।

## ১৮। মীশি মীনা থোক্লকপদা ঃ-

হরাওবা হৌরমদাইদা মীশি মীনা থোক্লগদি মশা তুমলবা মতুংদা শিরিবা ইমুং অমদি শাগৈগী মীওই অমত্তা য়াওহন্দনা হরাওবা হৌবা য়াই।

হরাওরিবঁদা মীশি মীনা থোক্লগদি খুদক্তা লাই থোং থিংগনি মশা তুমখ্রগা লাইথোং হাংদুনা অনম অথৌ নাশেংলগা লাইগী থৌগল কায়দনা চত্থগনি। লাইবৌ শান্নরিবঁদা থোক্লবসু লাইবৌ লেপকনি, লাইথোং থিংগনি। মশা তুম্লগা অনম-অথৌ নাশেংলগা লাই শান্নগনি। মতম্না য়াদ্রগনা হায়বনি থেংমনলগদি হয়েং নোংঙাল্লগা লাইথোংহাংদুনা নাহে নাশেংলগা নোংমগী হৌনবি কায়দনা লাই শান্নগনি, ঙরাংগী মতেক লৌখৎনদে।

লাইরোই নুমিত্তা মীশি মীনা থোক্লবদি লাইথোং থিংগনি। মশা তুমখ্রগা হৌনবী লাই শান্নগনি (শেংদোক্লগা) অহিং অথেংবদা থোক্লগদি নোংঙানবা য়াদবনা লাইথোং থিংলগনি, মথং নোংঙানলগা মশা তুমখ্রগা লাইথোং হাংদুনা নাহে নাশেংলগা নোংমগী হৌনবী কায়দনা লাই শান্নদুনা লাই লোইশিনগনি (ঙরাংগী মাতেক লৌররোই)। থংনবা নুমিৎনা থাবান ফত্তবা ওইরগদি লাই হরাওবা নোংমগী কায়দনা মপুং ওইনা চৎথগনি অদুগা অফবা থাবান নুমিৎতা লাই লোইশিনগনি।

শিরিবা ইমুং অমদি শাগৈ অমত্তনা লাইবুং কাফদে, লাইদা পোৎ কৎফদে। শেলদি শেল্লুংবা নত্রগা মাইবা মাইবীগী খুত্থাংদা কৎপা য়াই। নাশেংলগা কৎকদবনি।

শাগৈ লাইদা শাগৈগী মীশি মীনা থোলবদি/ চাপোকপা য়ুম্মাংবা য়াওরবদি য়ুমশেং কৈশেংদ্রিফাওবা লাইথৌ তৌফদে।

## ১৯। মালেম নিকপা (জ্বার হাবা) ঃ-

হরাওরিবঁদা খঙহৌদনা মালেম নিকলগদি হায়বদি জ্বার হারগদি লাইথৌ লেপকনি, লাইথোং থিংগনি হায়বদি নুমিৎতুগী হরাওবা থৌরম লেপকনি। হরাওবা হৌদ্রিবঁদা হাবা ওইরগসু নুমিৎতু লাইথৌ লৈরোই। মথং নুমিৎতা অনম অথৌ কোক্লগা, নাশেংলগা নুমিৎতুগী লাইথৌ পাঙথোক্কনি। অদুমকপু লাইরেন মথেক চৎলিবঁ অমদি হকচাং শাগৎলিবঁদা হারকপা ওইরগদি হারিবঁ মনুং ঙাইহাক লেপলগা থৌরম মতেক্তু লোইশিনগনি অদুগা মখা লাইথৌ চৎথররোই লাইথোং থিংলগনি।

## ২০। নুমিৎ থা শানা লাকপা ঃ-

হরাওরিঙৈ মতমদা গ্রহন লৈরগদি হরাওবা লেপকনি, থোং লোনগনি। মথং নুমিৎতা লাইমাংদা ইকুম ইতাবা থৌরম পাঙথোক্কনি। ঈশিংদি ইকৌবদা ইশাইফু পুবীদুনা ইকৌফমদগী শোক্কনি। ইকুম ইতাবা লোইরগা লাইগী থৱাইমি কাগনি অদুগা ঈশিংদু ইকৌফমদা হনগনি।

## ২১। হরাওরিঙৈদা লাইপুবশিংনা কাওরোইদবা ঃ-

লাই পুবা লাইপুবীশিংনা মশা মশানা পায়রিবা লাইপোৎশিং চেকশিন্না শেন্নগদবনি। করিগুম্বা মরম অমত্তনা লাইপোৎ অমত্তা লৈপাক তাহেদে। অদুবু লাইপুবা লাইপুবীগী মরক্তা তঙাই ফদনা হকচাং ঙল্লকতবদগী নত্রগা য়ুম্মাং কৈমাং য়াওরকপদগী নৎত্রগা মপান ইপান থোকনিংবদগী লাইগী লাইপোৎ থাদোকপা তারগদি তোপ্পা লেপ্পগা অমাইবদা পাউ পীরগা মীহুৎ শিন্নবা হোৎনগনি অমাইবনা হৌনবী লাইরোল লাইথৌ পাঙথোক্লুনা অনৌবা লাইপুবা থিদুনা শিন্নগনি।

করিগুম্বা লাইপোৎ অদু খুজিল খুনাম্বোক্তগী লৈপাক্তা তাখ্রগদি অমাইবদা খুদক্তা পাউ পীগনি অমদি অমাইবনা হৌনবী ইরাৎ ইশোন অনম অথৌ কোকলগা লাইপোৎ অদু লৌখৎকনি।

## ২২। লাইরোই নুমিৎতা ঃ-

মীশি মীনা, অৱা অনা থোকখ্রবদি লাইরোই নুমিৎতা হকচাং শাবা, পাতোন জগোই চোংখোং শান্নবা অমাইবগী লাইরেন মথেক অহুম অহুম্লক হন্দুনা শান্নগনি। মসি অতেক অকাই, অৱাৎ অপা পুম্নমক মেনখৎতুনা অরান অয়োন পুম্বা কোক্লবা কাঙলোন্নি।

## ২৩। লাই খুরুম্বগী নিং তম্বা ঃ-

লাইদি লেংলি পাল্লিবা পুম্বগী ওইবনিনা কাংলুপ খুদিংনা খুরুমজবা অমদি হৈকৎ-লৈকৎ তৌবা য়াই। তৌবতবু য়েক শলাই নত্তবা মখৈগীদি লাইথক কাবা তৌদনা হৈকৎ লৈকৎ অমদি থৌনিজবা তাই। কৎলিবা পুম্বা নাশেংলগা কৎকনি।

## ২৪। লাই লোইরগা লাইগী পোৎচৈ য়েন্নবা ঃ-

ক) অমাইবনা লাইয়িংথৌগী মনিংথংবা ফাংখোংদা থাবা পোৎকা লাইবুংথৌ মাপনগী কৌব্রু নোংঙাগী থারিবদু লৌগনি।

খ) লৈমারেলগীনা - লহাল ইকৌবদা ইশাইফু পুবীনা ফংজগনি।

গ) লাইরেম্মগী ফানখোং অনিদা থাবা পোৎ অমদি পাম্বোম অমসুং (লাইরুলাগী) লাইনুরা তরেৎকী থাবা পোৎ অমাইবীশিংনা য়েন্নদুনা লৌনগনি। মাইবী শঙকোক্তা শিন্নগনি। লমলাইসু মাইবীগীনি।

ঘ) মমাংথংবা ফানখোংদা থাবা পোৎকা পামবোমদা থাবগা পেনা খোংবনা লৌগনি। অদুগা ফাংখোং মনাক মাংওইননা থারিবা লাইবুংথৌ মাপনগী পোৎনা অমাইবা পেনা খোংবা অনিনা য়েন্নগনি।

ঙ) চনিংগা অপোকপগীগদি লাই শেল্লুংবনা লৌগনি অদুগা লাইশঙবা (লাইপান্নবা) লৈরগদি মখোই অনি য়েন্নগনি। খুঞ্জাদা, অতোপ্পদা য়েম্বোকহৈদে, খুল লৈকাই মহি লাংই তৌহৈদে।

চ) লুকমাংদা হৈরিবা চেঙনা লৈকাই খুল নত্রগা শাগৈগী য়ুমথোং শুনা চেং খরা খরা থুংনবা য়েনবীদুনা চনিং হঞ্জিন্নগনি। খুল ৱাংমদি হায়বদি অতোপ্পা খুলগী মীদদি পীহৈদে খুল ময়েং তাইয়ে।

ছ) লুকমাঙদা পৈরিবা হৈরুক অদুদি মীখন খাইদেয়ে হেক লাক্লিবা মী খুদিং থুংনবা য়েনগনি। মসি লাইরোই নুমিৎতা নত্তে। হৈরুক কাইবা খুদিং অসুম্না চৎনগনি।

শাগৈগী অপোকপা ওইরবদি লাইদুদা কংলিবা পোৎ পুম্নমক শাগৈদুগী মীওই নৎতনা করিগুম্বা হৈ-লৈ চেঙনচিংবা অদু অতোপ্পা মীওই অমদা পীহৈদে শাগৈ ময়েং তাইয়ে। অমাইবনা মাগী অনম অথৌগী পোৎ অমদি পেনাসু মাগী মাঙদা থারিবা পোৎ অদুদি লৌগনি। অতৈদিফংহৈদে। অমাইবীনা লাইনুং চন্দবা তোঙান্না মপান্দা থারিবা লম্লাইগী পোৎতুদি লাই তাইনবগী হৈমন ওইনা ফংজগনি। অসিদগী হন্না করিগুম্বা পোৎ অমত্তা লৌহৈদে। ইকৌবা ওইরবদি তুরেল হৈরুক্কা লাইপুবনা নেৎপা সেনগদি

পেনানা লৌনয়ে। চনিংনা পিবানা ফংগনি। অপোকপগীদি শাগেগী অহল অমদা পীগনি। লৈমরেনগীনা ইশাইফু পুবীদা পীগনি। ইকৌবা নৎত্রগদি শেল্লুংবীদা পীগনি।

## ২৫। কৈনিংফম্বা ঃ-

লাইরোই নোংঙানলগা অহিং অদুদা লাই শেল্লুংবগী ময়ুমদা হরাওরিবা লাইদুগী মতিক ময়াই থাদুনা পেনা ফমশক শক্কনি, থবাই মি কোনগনি মসিবু কৈনিংফম্বা কৌই। মংঙানি লৈখোম্বা নুমিৎতা লাইগী ফম্বান মখা ময়াই চপ চানা কোম খুবোম পাকপা শাংবা লুবা চপ মান্ননা তৌরগা ঈশিং হৈদুনা কোনয়াই থাদুনা লৈনুংথোং ঙারেন খায়োন কৎকনি অশিথোং থিংগনি। মসি কাওফরোইয়ে।

## ২৬। খুঞ্জাশিংনা খণ্ডজিনগদবা ঃ-

ক) লাই শেল্লংবা, অমাইবা-অমাইবী পেনা পুম্বা লাইগীশক্তম লৌদুনা লাহৈথৌ পাঙথোকচরিবা ঙাক্তানি। মখোয়দা মীৎয়েং কারন চনহৈদবনি অমদি মাইবীশিংবু নুপীনি হায়দুনা হন্থবা মীৎয়েংনা য়েংহৈদে।

খ) কনাগুম্বা খুঞ্জা অমত্তনা নৎত্রগা ফম্নাইবশিংনা নৎত্রগা মাইবা-মাইবী-পেনানা য়েলহৌঙেদগী চৎনরকপা কাংলোনশিং অসি খাংউথক্তা হোংদোক্কে খল্লোয়দবনি। হোংদোক হোংজিন, শেমদোক-শেমশিন তৌনিংবা লৈরগসু লোইশঙদা হংনগদবনি। নৎত্রগদি হরাওবগী কাংলোন থুগাইবা ওইনা থোকখিদুনা লাইবুংশিংদা চয়েৎনবা থোক্লকুনা লৈবাক্কী চরাংনবা থোক্ককনি।

## ২৭) য়েৎনরোইদবা ব্রাফম শরা ঃ-

য়াম্না মরু ওইবা ঐখোয় পুন্না খণ্ডম্নিগদবা অমদি য়ান্নিন্নদবা ব্রাফমদি উমংলাই হায়বসি ঐখোয়গী হৌরকঙেদগী লৈজরকপা লাইনিং হায়বদি সনামহি লাইনিং অসিগী শাগোন্নজরকপা লাইনি। হিন্দু লাইনিংগী ওইবা থৌরম থৌদশিংদা খৃষ্টন, বৌধ অমদি ইস্লাম লাইনিংনা খুৎ থিংজিন্দে অদুম্না খৃষ্টান লাইনিংগী থৌদদা ইস্লাম, হিন্দুনা খুৎ থিংজিন্দে অমদি ইস্লাম লাইনিংদা খৃষ্টান, হিন্দুশিংগী খুৎ চঙদে মতৌ অসুম্না সনামহি লাইনংগী

থৌরম থৌদদা খৃষ্টান, হিন্দু, ইস্লাম লাইনিংনা খুৎ চঙবা লানগনি মালেমগী চৎনরিবা চৎনা কাংলোন্নি। অদুনা উমংলাই হরাওবগী অশেংবা পরম অমদি শক্তম ঙাক্সি, য়োকখৎশি হায়বা তারগদি লাইশেল্লুংবা, অমাইবা, অমাইবী, পেনা অমদি লাইগী ফম্নাইবা পুম্বা ইশাগী ইনাৎ-লাইনিং ঙাক্তুনা নাৎকী ওইবা ফিজেৎ লৈতেং শিজিন্নদুনা লাইথৌ পাঙথোক্কদবনি। য়ারিবমখৈ মীরান লাইনিংলোন্না উমংলাইগী থৌরম থৌদাশিংদা খুৎ চঙবীরোইদবনি অমদি চন্দন (তিলক) শিন্দুর, তুলশিনচিংবা উমংলাইগা মরী লৈনদবা পোৎলম লৈতেংশিং শিজিন্নরোইদবনি।

## মাইবরোলগী খংজিনবদা কান্নরবা খায়োমলোনশিং

ক) সৌবোম লাইরেম্বী খোংনাং লৈমা খুৎলং ৭ (তরেৎ) কী মমিং ঃ-

১. থৌনা[illegible]
২. পুকশ্রিখোম্বী
৩. লৈরিংখোম্বী
৪. তমনু
৫. পেৎনু
৬. থারৈবা
৭. লৈফোনবী।

খ) খোংলম ৭ (তরেৎ) কী মমিং ঃ-

১. খাখোং
২. লাইখোং
৩. মারোংখোং
৪. য়াম্বীখোং
৫. ফিশুখোং
৬. লিনহাখোং
৭. চারোইখোং/মনুংখোং

(১) য়েক সলাই



খুমন সলাইনি অমুবা মচুনি।

(মোইরাংগী মন্ত্রা ঃ- চিরেন স্না পাখঙবা হো কংও। মিহিং লেং লাই শিরে। অসিনা তৌও খুমনগা মোইরাংগা তিন্নবা লাইনে। ময়াং ইম্ফাল, হৈয়েন, হুংশুন, শিংজমৈ মখা লিল্লোং, ইরোং, কোংবা তুরেল, অচৌবা, ফৌবাকচাও ঈ-খুরোক লোক্তাক খোংয়াপাৎ খেরাং থংচিরেন সনা তাওরোইনাই পাখঙবা কৌএ। খোংনাং ফৈদেকপী মনিং ককবা পুত্রি লমদাই পুং পাংথিকোক লাংথবান মথক কাঞ্চিপুর অরোইবদা লৈবা লাইনে।

হিরেন সনা পাখঙবা কৌএ। লাইচুইএ। অসিশোল্লগাকোকএ।

(২) নুপীনে মতৈ-মনাওনে।



(৩) নুপীনে ঙানবা সলাই।



(৪) খাবা সলাই অশংবা মচুনে।



(৫) য়ুম্নাম লাইরেন্মানি ঃ-



(৬) তুবীহংকোক্লে ঃ-



(৭) য়ুমজাও লাইরেম্মনি ঃ-



পিশুম লাইরেম্মাগা লাইশ্রম লাইরেম্মাগা লোকলাও লাইরেম্মাগা মতা শান্নে। য়াংদৌ মতারোই পিশুম লাইরেম্মাগা চীংঙা লাইরেম্মাগা অনি অসি চীংনি পাইরকপনে। কৈথেল১ লানথিএ মখোই অনি অসি লাইনে।

নোংপোক নিংথৌনা লৌই। লোক্তাক হি থাফম কৌএ। লোকলাও লৈমগী মফম অসি তুবী লাইরেন্না ওনখিবনি। হি কোক শায়ানে। লিননে। পাখঙবা শয়ানে। উফক ওইনা থোকপনে। লাংলোন য়াম্মী। নিংথৌনা লিন হাৎপা য়াদে।

মফমদি ঃ লোক্লাওবুংদা য়ুম ৭ তাগনি। য়ুম ১ গা পুখ্রি ১ গা কোইনা তাগনি লৈগনি। অদুদা লিন হাৎপা য়াদে খংও লাই ওইএ। উনরগা লাইচুই।

কোক্লবা খয়োম চাবান্দি অথুম অহাও য়াওনা থাদোকও ফবনে।

(৮) নিংথৌজা ঙাংবা মচুনে ঃ-



নোংজেং পুখ্রিদা মতম অমদা থোরক্কনি, জুক্কী পাখঙবাকৌবনি খংও। যুগ অমদা নুংজেং পুখ্রিদা তাওখৎলক্কনি মতম অদুদা মহাকপু উবদা সারকারনা নোংমৈনা কাপকনি, নোংমৈ মাই চেনগনি। মখোল থোকলোইদবনে, সারকার মাগী মাগী দেশতা হনখিগনি, মতম অদুদা নিংথৌনা পুজা তৌরবদি অৱাবা কোক্কনি। সলাই লাইশোন ফী য়াওনা, সনা-লুপা কোনয়াই য়াওনা খয়োম পিয়ু। মদু তৌরগা ঈশিংদা শাংনা তিংথোকলক্কনি।

(৯) নিংথৌজা সলাই (অঙাংবা মচুনে) ঃ-




মরু শিদবা শিরোন চন্দ্রা কৌবা পাখঙবা অসিবু সনাদা ইরগা। কোক্কন মনাদা ইরগা সনাগী জন্ত্রদা হাপ্তুনা থৌরিদা শিরবদি লাই চংদে, পোৎশেম্বা চংদে। য়াম্না চিন্না হাপপো। লাইথুং চংদে। লাইথুং কোকএ।

(১০) নিংথৌজা সলাই অঙাংবা মচুনে, কুরুনা মীরোন চন্দ্রা কৌবা তুবী লাইরেল পাখঙবা সনা কৌএ।




থৌরিদা শিরবদি কুরু ফংজবগুম্বনি মাগী মিংথৈ॥

(১১)




মহাক্না কোনবা লম মপাওচিং, সারৌথেন, লম্ফেল শোই, মোরোহিংগোন, খুন্দ্রকপম, ঙাইরাংবম, ব্রাইতোন, লমবোই খুল, পুরুম হাও, লুব্রাংলি, থুশাং, খোমিদোক, হৈঙাং কোম্থা অব্রাং লাইরম, কোংবা তুরৈ তুশাং লাইসনা ঙাংবা লৈখোম সনা পাখঙবা/ তাওরোইনাই সনা পাখঙবসু কৌএ।

মহাকপু ওক্নরগা কোক্লবা ঃ-

কবোক অথুম অহাও ফীরোই কোনয়াই য়াওনা খয়োম লাকও ফাবনে।

(১২) নিংথৌজা সলাইনে (অঙাংবা মচুনে) ঃ-



কোক্লবা মন্ত্র ঃ-

ইন্দ্রি পাখঙবা কৌহি। চন্দ্রা পাখঙবসু কৌহি। সনা মহিসু কৌএ। নিংথৌ মচানা মুর্ত্তি য়েক্লগা খৌরিদা জন্ত্রতা হাপ্লগা শিরবদি নিংথৌ ওই।

লোলাং সনা পাখঙবসু কৌএ। খেত্রি মচানা তৌরগা ফমনাইবা ওইগনি লাই উনবা হৌনদে। ফম অফবা ফংজে। মঙ্গল ওইএ। মৃত্যু ঙাকপিয়়ে। পামবোমদা শিরগা পাঙ্গল কল্লি। কোক্কন মনাদা ইরগা হিপকনি। সনাদা হাপ্তুনা শিগনি ফীশেং শেৎতুনা হিপকনি খংও।

(১৩)



অঙাংবা মচুনে

তুবী লাইরেল তাওরোইনাই হায়বদি মশাদগীনি খংও। মমিংবু লাইরেল পাখঙবা কৌএ। নহাক্লা চৎথোকলমদাইদা ময়েক অসিনা নংগী ইথোল কোইশিনলম্মু। য়ুমগী অনা অয়েক চংদবনি। লাই চংদবনি। হুরানবা চংদেএ। নহাক্লা হনলক্নগা হে ইবুংঙো পাখঙবা ননাই ঐ লাকএ থোং হাংদোকপিয়ু হায়দুনা হাংলগা চংঙু। হাংবনে।।

(১৪) অঙাংবনে

| ২ | ১ | ৪ |
|---|---|---|
| ৭ | ৫ | ৩ |
| ৬ | ১ | ৮ |

| ২ | ৯ | ৪ |
|---|---|---|
| ৭ | ৫ | ৩ |
| ৬ | ১ | ৮ |



| ২ | ১ | ৪ |
|---|---|---|
| ৭ | ৫ | ৩ |
| ৬ | ১ | ৮ |

| ২ | ৯ | ৪ |
|---|---|---|
| ৭ | ৫ | ৩ |
| ৬ | ১ | ৮ |

(কোক্কন মনাদা য়েক্লগা সনাগী যন্দ্রদা হাপ্পগা শিয়ু, য়ানা চুপও, য়েক্লা মাংএ। জদু তুম্মে।)

নিংথৌজা সলাইনে। খুপতি পাখঙবা কুরু মিরোন চন্দ্রা পাখঙবা নো কৌই।

মি হিংলে লাই শিরে হকংও শিরো হুঁ ঙাং ঙাং ঙাং কোকও। হল্লো

অসি য়েক্কুনা শিয়ু। য়েক্লা পুন্নমক মাংএ।

(১৫)



(১৬)



অঙোম সলাইনে, মোইরাং সলাইনে, খাবা সলাইনে অঙৌবা মচুনে, থৌবাল তুরেন, পোইরৌ খোংজিন ইরেন, মনথৌ থুমখোং চীংয়া লোয়া লোঙ্গা থুমখোং পাখঙবা তুবী সনা হনবী হেন্দু সনা পাৎ কৌএ। লাইচুই মথক্কী লাইগা কোন্ননা ইরিবা অসি শোল্লু খয়োম থাও ফাবনে।

(১৭) খুদৈ লাইনিঃ



(১৮) উতুপকী মওং ঃ



(১৯) সম্থি মওং ঃ



(২০) হিপলিবনি ঃ



(২১)



পাখঙবা লিনগী - শয়োন, লাইচুই। খংখ্রবদি কোকপা ব্রাই। খুমন সলাই সলাং বাজিনা লোইরম্বা লাইগী মচানে। লাংওন য়াম্মি তিন, খুদৈ, সম্থি, উতং থৌরি, হি, য়ুম্বী উতেক ওইনসু থোকই। সয়ন য়াম্মে। অরুবা লাইনে।

(২২) খুমন সলাইনি (অমুবা মচুনে) ঃ



চীংমৈরোং মখা থংবা লাইরেন কোন শাম্বা মাকোক্লা ওনখিবা লাইনে। শাম্বা হাইবা উদা ঙা শেমদুনা চারুবদগী লাইরেন শায়া ওনখিবা লাইনি। মচা খিবিকসু পোকখ্রে। চীংমৈরোং তুশাং অব্রাং শেকমাই মাকলং তুরেল তুশাং ইরোইশেম্বা, হিয়াংথাং ফাওবা চৎতুনা লৈএ। শায়ন য়াম্মী অরুবা লাইনি। চহি ২০৮ সুরে মানা ওননিংবতা ওনলি, লাইচুখ্রবদি কোকপা খরা ব্রাই। শলাং বাজিনা ফাদুনা ঃ-

মতিক-ময়াই পিশ্রবনি। কোক্রুবা খায়োম পিয়ু ফবনে।

(২৩) মোইরাং সলাইনে ঃ



মোইরাং সলাইনে, অরংবা মচনে, তাওরোইনাই সনা লুকংবা পাখঙবা হায়না কৌএ।

নম্বুল তুরেল, নম্বুল লাকপা সনা পাখঙবা কৌএ, মনিলোক লোকচাই পাৎথি খোইজুমান নিংথৌখোং শামুশং, শামুরৌ, লৈশাংখোং, তুশাং মনিংপাৎ লোয়য়া অকোইবা চৎতুনা লৈ। মম্মিংদি ঃ-

য়াংলোই তাওথিং সনা লুকংবা তাওরোইনাই কৌএ। লাইচুই

খায়োম চাবান থাও, লাই পুথোকও ফৈএ।

(২৪) অঙোম সলাইনে, মচুদি অঙৌবনে, কোক্লবা ঃ-

মি হিংলে। লাই শিরে। কংও চিরেন সনা পাখঙবা কংও।



খ্বাইরম্বন্দগী শগোলবন্দ, নম্বুল তুশাং, কাকৈথেল মচিন মনাও চীং মনাক, শন্দংখোং ব্রাইতোন লাংথবান, থোংখোং, থম্বালখোং হিয়াংথাং, তেরাকৈথেল ব্রাইশেন ব্রাইখোং, হৈনৌখোংনেম্বী কাফুৎ ইরাং লাইনি। মদুদা পুল্লে হৌরমবা উরবদি থাদোকনু য়াইনি।

মন্ত্রা তাওরোইনাই চিরেন সনা পাখঙবা কৌএ। লাইচুই। কোক্লবদি মথক্তা হায়খ্রিবা অসিনা তৌও।

মাংলং তুরেন তারকপা ইরোইশেন্বা চিংজিন তারকপা ইরেন্দা ঙাখুন লৈবনি কংলাগা ফাওনবনে। অরুবা মফমনে॥০॥

(২৫) খুমন সলাইনে, মচুদি অমুবনে, মাবু থেংনরগা কোক্লুবা মন্ত্রা ঃ-



হুঁ খুমন সলাই পাখঙবা নংগী নতিকপু হো কংঙো।

চীংমৈরোং চীংগোন, লম্ফেলগী কাফুৎ থরং তুখোং অকোইবদা লৈবনি। সন চিংলেন সনা পাখঙবা, য়ুরেন সনাহল পাখঙবসু কৌই। লাংগোন মহাদেবগী খুভম লৈ। লৈশেম নুংশেল্লকঙৈদা হনুবা হনুবী খুভম লৈবনি। মমাংঙৈদা নিংথৌ লৈবাক পাল্লম্মী সোরারেন খুৎনা লাম্বা ফংলম্মী। হনুবা হনুবী ফৌশু লক্লবদগী, শুক্লা থেংলুবদগী ৱাংখিবনি খংঙো, লম্ফেল পাৎয়াইদা য়ুম্ফম খুমন পুংমাংগী য়ুম্ফম লৈবনি। মদুদা শিংউৎ শিংনাং লুৱাংতৌ হৌদুনা লৈবনি। মদুগী মফম শুরুং লৈবনে। উ অকংবা য়ুম্বী ওইনা থোকপনে। নেৎলুগনু মফম অদুদা চৎপদা অকিবগী মশক্লে। অরুবা মফমনে।

(২৬) নিংথৌজা (অঙাংবনে) ঃ-



য়াংবীরেন নোংদ্রেন পাখঙবা কৌএ। সলাই ৭ মক্লা খুরুম্মু ফগনি। খুমন সলাইসু ওইবনে।

য়ারন পাৎ, নিংলাই তুরেল, ইরেন, ফক্লুং ফৌরুংবী খোংয়োং হাওবু লম্বনা লোইরম্বা লাইনি। শাওমবুং, পুখাও, শগোলমাং, মরাংখোং, মচাংবী ইয়াম পান লমলাই অৱাং তোরে তুশাং পাৎথি কোমথি তু খোং লাইনি। পুংদোংবম চীংলাই লৈত্রেংখোম্বা সনা পাখঙবা কৌএ।

অকিবগী মশক্লি। পাইদুনা চৎপা ঙমই। লাইচুই, শিএ। য়াংবীরেন সনাসু কৌএ।

(২৭) খুমন নিংথৌজা সলাইনে অনিনা তিনবা লাইনে। থায়োং হাওবুবনা শনপোৎ খোইরিঙেদা মালাশিহল্লি হায়বা লাই অদুনি মানা শিখিবা মফম অদুদি য়ারন পাৎতা লৈবা লাইনি। মানা শিখিবা মফম লাইখুন লৈবনি, পুখ্রি ওইনা লৈবনি খুমন নিংথৌজা ১না, ওইবা লাইনি, অন্দ্রো চীংখোং তুরেল তুশাং পাৎথি লোক্তাই তুয়োং চীংয়া ইরেন তুশাং কোনবা লাইনি, লাইরেল ঙাকং পাখঙবা কৌএ, সনা নিংথি কৌএ। লাইদি অসি ৩ নি হন্দোক হঞ্জিন চংদুনা লৈএ। লাইচুথ্রবদি শিএ।



খয়োম পিও ফাবনে। কোকপনে খঙও।

(২৮)



হিয়াং অথৌবা ভুৎ প্রেৎ ওইনা তৌবনি লাংওন য়াম্মী।

(২৯) নিংথৌজা লাইনে ব্রহ্মাগী লাইনে মখোই জাতিগী লাইনে তুবী লাইরেল পাখঙবা সনা কৌএ। খুমন সলাই নিংথৌজা সলাইগা হান্না ওইবনে। অঙাংবা অমুবগা ওইবনে। মসি ওক্লরবদি কোক্লবা হায়গে ঃ-



লাই পুথোকও। খয়োম সনা কোনয়াই য়াওনা লাই পুথোকও কোক্কনি।

(৩০) চীংগী লাইনে দেবতনি কৌএ। অশংবা মচুনি, মমিংদি তাওরোইনাই তুবী লাইরেন পাখঙবা, সনা পাখঙবা কৌএ। মখোয়গী লাই পুথোকও। খয়োম চবান থাদোকও ফবনে ॥০॥



(৩১) অঙোম সলাইনে। অঙৌবা মচুনে। মীরমগী লাইনি। মখোয়না শামজা পাখঙবা কৌএ। মখোয়গী খায়োম পীয়ু লাই পুথোকও কাওগনু।



(৩২) মীরমগী লাইনে। নিংথৌজা সলাইনে। অঙাংবা মচুনে। মসি ওক্লরবদি খয়োম লাক্তুনা লাই পুথোকও কোকপনি ॥০॥



(৩৩) লাইরেন নাগা নিংথৌনে। অঙাংবা মচুনে। লুব্রাং মচুনে খুমন হিগোক মচুনে অহুম্না তিনবা লাই।

বে.ক্লবা ঃ-

সনামহি খুরুম্মু। তৌরকপা পুম্নমক তম্মু সুম্বন্দা য়াংকোক্তা ফমদুনা তমউ শোইবা য়াদে। লাই কললে কংঙো। মদুদা শেৎলুবা ফিরোল অদু হুন্দোকখ্রো শেৎপা যাদ্রে। খয়োম চবান চাওনা পুথোকও।



ফীরোন কাবোক অথুম-অহাও হৈ মনম নাইবা, মাইবা মাইবী য়াওনা তৌও। কোকপনে খংঙো।

(৩৪) নোং খ্রং ইরুপ ফবনি। নিংথৌজা সলাইনে। অঙাংবা মচুনে। নিংথৌচা ৭ চংবা লাইনে। অরুবা পাখঙবনি। নুংজেং পুখ্রিদা লৈ মমিংদি কংলা কোনয়াই শিদবা কৌএ। মফম অদুদি কংলাগা নুংজেংগা ওনফমনে। লাই থোকপদা ইরুপফমনি। অরানবনা তাওখৎলি। অচুম্বা (লান্দবনা) লুপ্পনে। নুংজেং ইরুপফমনে। ফানখোং ১২ নি খংও। অসিবু নিংদুনা পাখঙববু খুরুমদনা লুপাও ফবনে। পাপ কোককে হায়রবদি খায়োম চাবান য়াওনা থাও লুপচৌ ফবনে॥০॥

(৩৫)



মোইরাং খোইরি কৈথেন্দা লৈবা লাইনে। খুমন অমুবা সলাইনে।

মোংবা তোরবুং শেন্দ্রা পাৎ খুদা হরেন শিংজমমৈ ইরোম পাৎ লৌবুক শগাং হাও মমাং পাৎ খ্রাংবন লাইয়াম তিনফম নিংথৌদা তুরেললোক নিংথৌ লাইকোন পাৎ ইখাই ইরেন ফাওবা চৎপনে। মমিং ইথাই তুরেন খেরা কৌএ। অসিবু ভুজাপত্রা মনাদা য়েক্তুনা সনা লুপানা য়োমদুনা যন্ত্রা ওইনা শিরগা

লাই ওক্লদবনি। জাদু চংদে। লাই ওক্লবা লাইচুদে। মমিং সনাহন হিচাম্বা তুফাং লাকপা সনা পাখঙবা কৌএ।

কোক্লবদি খয়োম চাবান য়াওনা থাও ॥০॥

(৩৬)



অশংবা মচুনে।

শিংজম্মৈ ব্রাংমা অখাম লৌবুক মমাং মখা পাৎ লাইকোন কোংবা থিংঙেন কৈথেং। অব্রাং থংবা খোংনাং অচৌবা মখোং ইরেন লাইকোন শুরুং মমাং ঙক্রা পাৎ মমাং লাইরেন পাৎ মখা থংবা লাইকোন। অসিদা লাইকোন লৈএ। মখা থংবা কাকোক পাৎ লাইকোন লৈ লাইদি কোন তুশাং কোংবা মৈরোম্বী তুশাং লাই মমিং তাওরোইনাই নোংদ্রেন সনা পাখঙবা কৌএ। লাইচুই খাবা সলাইনে।

লাই শিরো মি হিংলে। লাই পুথোকও। খয়োম চবান থাও

(৩৭)



লাংথবান কাঞ্চিপুর লাই কোনুং অকোইবা কাফুৎ ইরাং অকোইবা লিলাকোৎ মনিং হৈরোক, চাজিং কারাম কফুতা লৈবা লাইনি। মমিং তাওরোইনাই পাখঙবা সনাহন হেন্দিরেন মিরি ফকশং কৌএ। লাইচুই কোক্লবদি খয়োম চাবান থাও, সনা লুপা কোনয়াই, অথুম-অহাও য়াওনা থাও ফৈএ।

(৩৮)



নিংথৌজা সলাইনে অঙাংবা মচুনে। গম্ভিরসিং মহারাজগী খুৎনে। লাইনি, মমিং তরং ঙানুবা কৌএ। হি অসি অনিশুইএ। মতৈ-মনাওনি। নিংথৌনি খংও। [illegible]গী মচা ইবুংঙো শ্যামশাই খুরাই লাকপানা লৈত্রবদা সনা কোনুংদগী মতোমতা চংখিদুনা লোক্তাক খোংজিন্দা মতোমতা লুপ্তুনা হৌজিক ফাওবা লৈরি। মথি ফোংই, তাওখৎলকই। উনরগা মী শি। কোক্ল বা থক খা খয়োম লাকও। কোনয়াই শেনয়াই হল্লু, ফী, অথুম-অহাও য়াও খয়োম পীয়ু কোকপনি ॥০॥

(৩৯) খুমন সলাই অমুবা মচুনে।



লাইচুশ্রবদি কোকপা ব্রাই।

খুমন নিংথৌনি। খুমন পোকপা খমলাংবা কৌই। খুমন পোকপসু কৌএ। নারেং কোঞ্জিন ময়া চীংয়াদা লৈএ। হৌজিকসু মথি ফোংবদা ইরাওখোন তাবনে। খুমন্না হি হোনবনে উনরগা লাইচুবনে। য়েংগে হায়বরসু উগানি। চীংয়াদা নুংগী হি ওইনা লৈবনে। খুরুম্মো। তৌ মপান শাবা তুরেল চাওবা মতমদা হি হোনবনে। উরগা ঙাওনা ফৈনা নাএ। লাইচুই, ঙাওবনি।

(৪০)



নিংথৌজা সলাইনে, ঙাংএক মচুনে। সলাই অনি চংবনে খংও। ককচিং খল্লাংবা (থাংজিং কোইরেন লাই) শুরুং লৈবনে চীংয়া অকোয়বদা পাৎথি কোমথিদা লৈ। পাখঙবা সনা হিঙম্বা চিরেন খোম্বা য়াংবিরেন ম্লাসু কৌএ। লাইচুই। অরুবা লাইনে খংও। সলাই ৭ হায়বদি মঙাং, লুৱাং, খুমন, মোইরাং, খাবা-ঙানবা, অঙোম, চেংলৈ অসিনি।

খয়োম চ[illegible] থাও কোকপনে।

(৪১) অঙোম সলাই অঙৌবা মচুনে। ৱাইহৈ চীংহাম নিংথিখোং অকোইবা চরাংপাৎ লৌশি য়হিরি লুৱাংথেমপাৎ থৌবাল অরোং তুরেল তুশাং লাইকোন পাৎ ইকোপ নিংথৌ নাইদগো পাৎ অসিদা লৈবনি। মমিং ইরেন সনা হেদি পাখঙবা কৌই। লাইচুই শিগল্লি। লাইবু সলাই খংগন্দে। খয়োম চবান থাও। লাই পুথোকউ ফবনি।



(৪২) নিংথৌজা সলাইনে, অঙাংবা মচুনে। মমিংদি য়াংবীরেন সনা পাখঙবা কৌএ। য়াইরিপোক থানা লাংমৈথেক, উখোং শাংবঙম চাওঙমদবী লৌরেম্বম শলুংফম, ইঙৌরোক, হৈতুপপোকপী, লোকচাও অসিদা লাইকোন লৈবনি। সলাই ৭ না পোকপনি। নোংশাই ফাবনা লাইরেন লাইমতোন পোকপনে মকোক অনি লোঙঙি। য়েক্লীবা অসিনি নোংমচা তম্বা সনা কৌএ।কংলাগা ফাওনবা লৈবনে। খয়োম চবান কৎথোকও ফবনি।



(৪৩)



নিংথৌজা সলাইনে। অঙাংবা মচুনে। মমিংদি চীংলাই য়াইবিরেন সনা পাখঙবা কৌএ। লৈরোংথেন নিংঙোল চন্দানে লাইখোং আন্দ্রো চীংশা লাইকোন মরু ইরোক ইরেন অসিদা লৈবনে। মমিংদি লাইরেন ইরোক চীংলাই পাখঙবা য়াংবীরেন কৌএ। লাংলোন য়াম্মী। উন্নরগা মী শিয়ে। কোক্লবদি খয়োম চবান য়াওনা তৌও ফবনি।

(৪৪)



লুৱাং সলাইনে, হিগোক মচুনে। হৱাও কোগোন শৌবী ইরেন পাখঙবা কৌএ। লাইচুইএ সলাই ৭ মক পুথোক্তুনা কৎথোকও কোকপনি।

(৪৫)



নিংথৌজা সলাইনে, অঙাংবা মচুনে। মন্ত্রা অসি লৈপাক্তা য়েক্লগা মনুংদগী লৈপাক লৌরগা নশাগী য়ুমগী থোঙদা মন্ত্র অসি শোন্দুনা থোঙদা তৈরবদি যম্বনে। শ্রী চন্দ্রকির্ত্তী মহারাজনা তৌপ্রবনে থৌজাল (কৃপা) লৈরবা মন্ত্রনে, প্রজা পুম্নমক খংহনখি।

(৪৬)



মোইরাং সলাইনে, অরাংবা মচুনে। তোরবুং লমজাও, খুগা লোকলেন ইরেন খাইনা লিক্লাই সনা সংখুম্বা কৌএ। থৌরিদা শীও। লন চংবনে কোক্তা পুল্লাগা চংঙো মঙ্গল ওইএ।

(৪৭) খুমন সলাইনে, অমুবা মচুনে।



লোক্তাক করাং কফুৎ লাইনি। মমিংদি লোক্তাক করাং কফুৎ ইরেন পাখঙবা কৌএ। পুমলেন ইরেন পাখঙবা কৌই। লাইচুইয়ে। ভুজপত্রা মনাদা য়েক্লগা ঈশিংদা তিংলগা মচুম পিথকও কোকপনি। অরুবা লাইনি। মফম অসিদা লাই ৭ লৈবনি। লাই কোকপা লৈত্রবা লাইফমনে। লাই পুথোকও কোকপনে।

(৪৮)



খুমন সলাইনি, অমুবা মচুনি। ব্রাইখুলোক পাখঙবা কৌএ। লোক্লাই পাখঙবসু কৌএ। মানা সিদ্ধি ওইবনে। কংলা অকোইবদা লৈবনে কোনুংদা লৈবনে। তুখোং শুরুংদা লৈবনে। কোক্লবা খয়োম চবান কোনয়াই য়াওনা তৌও কোকপনে॥০॥

(৪৯)



নিংথৌজা সলাইনে, অঙাংবা মচুনে।

মমিংদি কংলা খমগোন সনা পাখঙবা কৌএ। নিংথৌ খনবদা যন্ত্রা ওইনা য়েক্তুনা শিও চুপগো য়াম্লা কান্নবনি চান্নবনি লাইনিংথৌ সনা পাখঙবসু কৌএ। ফম্বাল্লাং কংলা কজোম ফম্বাল নিংথৌসু কৌএ।

(৫০) নিংথৌজা সলাইনে, অঙাংবা মচুনে। মমিংদি ব্রাঙু চাইরেন লমজাও চীংয়া তময়া অকোইবা তুরেন-তেরা-উরক চীংয়া খরাং পাং অব্রাং লাইকোন ফৌবাকচাও লোক্তাক খোংয়া শুগুনু ব্রাংব্রেন সনা পাখঙবা সুয়া পাখঙবা কৌএ।



(৫১) খুমন সলাইনে, অমুবা মচুনে। মমিংদি তাওরোইনাই পাখঙবা সনা কৌএ।

শিংজমৈদগী চীংঙা মখা লুব্রাং।



(৫২) খাবা সলাইনে, অশংবা মচুনে। কোক্লবা মন্ত্রা হায়গে ঃ-



লাই কংঙো ম্নাহম কংঙো।
নাইখোম্বা সনা কংঙো।

লোকচাও. কোইরেঙ্গৈ, খুমন পোকপা, খোংহামপাৎ লাইকোন, তেন্দোংয়ান, ফৈদিংগা, লোইতাং মনিং পাৎ, খ্রুখুল, শেকমাই অসিদা লৈবা লাইনি। কংলা শুরুং ম্নাহন লোকচাও খোম্বসু কৌএ। অরুবা লাইনে কোনয়াই খয়োম চবান য়াওনা তৌথোকও কোকপনি।

(৫৩)



খাবা ঙানবা হান্না ওইবা লাইনে, অশংবা মচুনে, হান্না তিনবা লাইনি। খংঙো। য়াইবীরেন পাখঙবা কৌএ। থৌবাল লোকচাও খেবা সনাহনসু

কৌবনে। অব্রাং কোহিমা থীগোম মাইয়োক লোকমাই কফুং ইরাং লৈকুং লৈরাই লাইনি। অব্রাং কংলা শুরুং স্নাহল কৌই।

নিংথৌ ফুরা মখোং তুরেন অমনবী তুশাং কোংবা পুপ্তি কিয়াম মাইরেনখোং লাংথবান তুখোং চন্দ্রনদি নক্কুল অরিবা চিরেন সনা তাওরোইনাই পাখঙবা সনা কৌএ।

(৫৪)



অসিনা মীষ্খে পীয়ু খয়োম চবান য়াওনা তৌও।

খুমন সলাইনি, কুম্বা মচুনি (অমুবা)।

লোক্তাক ইরোং কোঞ্জিন মোংবা তুথুপ পাখঙবা কৌএ। মন্ত্রা অসি ই[illegible]
কোক্কন মনাদা য়াদা উল্লগা ঈশিংদা লুপ্লবদি পাখঙবা উবা ফংঙে। লুপ্লমদা[illegible]
হান্নগী কোনয়াই হল্লু।

(লেইরবা)



## আইবগী বাইও দাটা



| | | | |
|---|---|---|---|
| ১. | মিং | ঃ | মোইরাংলালহবা @ রাধামুহোন থোকচোম |
| ২. | লৈফম | ঃ | লুৱাংশংবম মমাং লৈকাই ইম্ফাল ইষ্ট, মণিপুর |
| ৩. | পোকপা থা | ঃ | জুন - ১৯৬২ ইং |
| ৪. | অপোকপগী মমিং | ঃ | লৈখিদ্রবা থোকচোম লুখোয় |
| | ক) লুখোয়বু পোকপা | ঃ | লৈখিদ্রবা থোকচোম ইবোতোন |
| | খ) ইবোতোনবু পোকপা | ঃ | লৈখিদ্রবা থোকচোম তোম্বা |
| ৫. | অপোকপীগী মমিং | ঃ | য়ুম্নাম নিংঙোল থোকচোম ওংবী সনাহলবী লৈমা |
| | ক) সনাহলবীবু পোকপী | ঃ | ঙাংখম নিংঙোল য়ুম্নাম ওংবী কেতুকী লৈমা |
| ৬. | থোইদোকপা শিনফম | ঃ | ১। কংলৈ লাই হরাউবা অমাইবা হৌজিক হৌজিক, উত্রা শঙলেনগী অমাই হঞ্জবা (শঙলেন পুবা) সনা কোনুং।<br>২। ওল ইন্দিয়া রেডিওগী, পুয়া ৱারী লিবা (এপ্রগ্রুপ) |